# ꯊꯥꯖꯒꯤ ꯑꯃꯝꯕꯥ ꯅꯥꯀꯜ

# থাজগী অমম্বা নাকল

**Thājagi Amambā Nākal**

(The other dark side of the moon)

**Thãjagi Amambã Nãkal** *(The other dark side of the moon)*
a collection of fifty Poems in Manipuri by Salam Tomba

Loubul, Manipur - 795 126




অহানবা ফোঙবা : জুন, ২০০০

অফোঙবা : শ্রীমতী সনাতনবী দেবী না
রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক ফোঙদবা ।

© কপী মশাং : ৫০০

কপী রাইট : সলাম তোম্বা

নম্ফম : ইরোগাইমা প্রিন্টর্স, ইম্ফাল

মখুম লাই : তোবা, মোইবা

মমল . লুপা ৫০/

# ৱাহৈ খরদং

হন্দক্তা নৌনা পুথোবক্লিবা সলাম তোম্বগী শৈবেং যাইঙ্খ্রে যাওনা 'থাজগী অমম্বা নাকল' কৌবা লাইবিক অসি মতমগী মিগুল অমদি খোঙ্জেল পুনা শৈবেংগী লাইবিক অমনি। মসি মণিপুরী সাহিত্যদা তমবা মহাক্কী অহানবা খুদোলনি। মিলেনিয়ম অমনা লোইশিনখিবা অমাদ অহৌবা মিলেনিয়ম অমা চঙলকপা তাঙ্কক অসিদা কবিগী পক্লাংদ ফাওবকপা মখল মখাগী ঈহৈলশিং নীংতম্বা অমদি শক্তি লৈনা ফোঙদোকলি। মহাক্কী শৈবেং কয়াদা যাওবি মরৈবাক নীংবগী ফজাবা মওং (পোত্রিওতিক ভেল্যুজ), চাটখৎপা যাইফনা পামজবা (প্রোগ্রেস), মানম শুদংমক হক মাংনা ফংমিন্নবা পামজবা মাযেং (ইগালিটেরিয়ানিজম), মাওইবগা মাংথবকলিবা যিতমদা তেংথাজনবা চংবা। মসিগী মথক্তা মহৌশাং নাশিজান, শান্তি অমসুং তঙ তাবা পান্সিব ঈঙ্খৌলাংজবা মিৎয়েংসু যাওনি। শেখর অসি কবিগী লাই তোংলনা মিৎকপ্পা ঈবা অশেংবা পান্সিদগী লানথাক্লবা কল্পনাগী মচেলনি নাত্তে। পান্সিদা হকখৎলবকপদগী ফাওবকপা শাংলল, পক্রনা ঈঙল অমসুং ঈন্দ্রদ শাৎবকপশিংবু মশক নাইনা উৎপা ঙম্বা সান্সার্ক্লাঙ লৈবগী মাম নাংথানা তাই। মহাক্কা 'শিদুনতা লৈবনা থবায়' দা ঙিত্তনা তাই শিনব ঐথিক্কা লৈখা তাবনা পান্সিবু তেংথাব "ঈনমগী থাজাব শেগা ডাকপানবা/পাঙলবদ এসুনা/লৈখম্বনা তুমিনা/থবায়সিদা ঙক্নবা/পুনদনা। শিদুনতা লৈববা থবাযসে"। অমুকসু ঈং চিক্লবা তঙ তাবা পান্সি মাঙখ্রবদা "কদায চৎখ্র শান্তি, মতমদুদা লৈবম্বা/মিঙল চেনশুম চেংগানা তিংবা তাবিব্রা অসুম?/কদায চৎখ্রে শান্তি মতমদদা লৈবম্বা/মিগুল চেনশুম চেংগানা তিংবা তাবিব্রা অসুম?" (ডসিগী খেঙলবা অতিংসিদা)। অকিবা, তজুংবা মতম চপ্পদা থবক গুনগৎলবা পান্সিগী মশকনি কাবনা উবিবসি। তামনাগা নুংশিবনা খোঙ্বা চাদে, তাব মাগকৈ খুদংমক্তা নোংমৈগা মখাল, মাকপ মীবা উখোল। অদুনা কাবনা চোকথববা পক্লীং হকচাং অনীগী পোৎফম শান্তিবু খৌবাংনা ডাইবি। হায়ডবি মমা কংলৈপুংগী মফমদা 'অদুনা ঈমা, ডসিদি নুমিদাংবাইরমদ লাক্লসনা/সুদশম্না খলবিবনু অমুক কোত্বৌহনবা/চোকথববা হকচাংশিং পোংথানসনু/শান্তি পর্বদু লাক্লসনু লমদমসিদা/মথঙগী কোবৌনা ডাল্লকপদা" (নুমিদাংবাইরমদু লাক্লসনু)।

অহোংবা নাইবা, ঈচেল নাইবা পুন্সিবু কবিনা উবিবা মিৎযেং (ভিজন) অসি নীংবা কাযবা ঙাক নত্তে, আশা পূম্মাঙ মাঙলবা ঙাকসু নত্তে। উবি অমমবা মবক্তা আশাগী মঙাল, অৱাবগী মিকপ মীবাউখোল মবক্তা নুংঙাইবগী মোমোন মিনোক। অনৌবা আশাগী মঙলান। অদুনা মমা লৈবাক্তা হাযজবকই – "খাঙঙু ইমা, খাঙমিন্নখিসি মতমদুফাও/লমজাউখোন্না চান্নবা লম্মৈদসু/মুৎখি মদোম, মুথৎলুবা নাইদনা/মুৎখিনি নোংমদি চাক্লিবা মৈবীসিসু শোযদনা।" (কবিবু ইসিগে)।

অসিগুম্না অনৌবা আশা অমগী মঙলান, পুন্সিদা থাজবা মাঙদবগী ৱাখল্লোন অসি লাইবিক অসিগী মিংথোলসু ওইবিবা 'থাজগী অমম্বা নাকল' কৌবা শৈবেংদসু ফোংদোকলি – "ঐনা থাজে/লোইনাইদ্রবা/অমম্বগী খোঙচৎ অসিদা/ফংগনি শোযদনা নোংমদি হিংবগী অর্থসু/অশেংবা মশকসু পুন্সিগী।"।

তশেংনা হাযববদা সলাম তোম্বগী শৈবেংশিং পাবগা নীংবা কাযবা, মাযথীবা অনসুং অৱাবগী চৈনানা ওৎ নৈবা তৌদে। অমম্বা নুমিৎ অসি তাখ্রগা, নুংঙাইববা অযুক অমা লাকখিগনি, অৱা অনা, হাৎনা শুনবগী মীকপ মিবাউখোন অসি লোইখ্রগা হবাউ মিনোক্লা থল্লবা পুন্সি অমা লাকখিগনি হাযবা আশা পোকহল্লি। শৈবেং খুদিংমক অপাবশিংগী পুক্লীংদা পান্দবা যাই। শৈবে খর্বাদ তশেংনা হন্ন হন্না পানিংবা পোকহল্লি। হৌজিক্কী মণিপুরী নহাবোলশিংগী শৈবেংদা সিম্বোল অমসুং ইমেজগী লৈবোং কযা উবা ফংই। মবনাইগী ওইবা সিম্বোল অমসুং ইমেজশিংসু যাম্না নীংতম্না শীজিন্নবা উবি। সলাম তোম্বগী শৈবেংশিংদা অসিগুম্না নুংগী শক্তম অমবু ফোংদোকপদা মক ওইবিবা মচলশিং অসি যাওদবা নত্তে; অদুম ওইনমক ইচম চম্বা ৱাহৈনা লৈচনা শেমদুনা ফোংদোক্লবা মাযকৈদা হেন্না চঙশিনবা উই। নুংগী অচুম্বা ফোংদোক্লবা মাযকৈদা চঙশিল্লকপনি। চঙশিল্লকপা হৌবকপদা ঙাইবি, মখা তানা চঙশিল্লকপা ওইসনু, হেন্না মপুং ফানা ফজনা ফোংদোবক্লবা।

ইম্ফাল

ডা: থোকচোম ইবোহনবী সিংহ

মে ৩১, ২০০০

# অইবগী ৱারোল

ঐ শৈবেংবু ওম্বোক্লা পামজৈ। অদুবু ইবদি হৈতে। ঈশৈ যাম্না পামজবা মীনা ঈশৈ ঙংবফাও হৈতবগুম্বনি। পামজবদি কবি হাযৰ্কনি, লাইবিক মযাম যোল্লম্বদা শৈবেং লাইবিক হান্না হেক্তা পাযখৎলিবনি। নোভেল অশাঙবা পাগদবগী শকুক শৈবেং ফজবা অমতং পাবগা ৱাখল খন্দুনা লৈজগে খল্লিবনি। তশেংনা হাযববদা লমায কযাগী ৱাবী অমনা পীবিবা ইফেক্ট অদুদগী শৈবেংগী পবেং মঙাংনা হেন্না অৰ্থ পীবা ঙম্বা মতাং লৈ।

অসুক পামজখ্রবা শৈবেংসি ইবদি মইহৈত্রে। ইনিংথাঙ, ইদুনসু যেংঙে, ইশাংনা ইপেন পেনদে। শৈবেং অমতং ইবদা নঙাবক শেমদোকনৈ। উপায লৈতে। অদুবু পামজমনখ্রদুনা ঐনা ক্লাস থ্রী তম্লিঙৈদা মেগাজিন্দা হাপ্লবা ইহান হানবা ওইনা শৈবেং অনীথক ইখি 'বাখল ঈথক' অমসং 'অনুতাপ'। অদদগী ইহৈবগ নওন নওমগী, খবা খবা ইবা, খোৎচিনবদি তোক্লে। অদুবু লাইবিক ওইনা পুথোক্লগে হাযবদি থোইনবু খল্লুদে।

পুনসিগী তাংকক অমদা, এম এ তম্লিঙৈদা শৈবেং লাইবক অমতংদি থোক্লাসিনা খন্দনা। শৈবেং খবা কল্লা ইবা হৌকরে। শোক ১৯৬৮ দানা। অদন ১৯৭০ দাদ শৈবেং খুৎহুই লাইবিক্তুগী নমিংফাও 'বৈতরনাদা ভাইবমগে' হাযবসি হন্দনা শেমগৎলুরে। অদুবু কলেজগী থবক্লা লাকহৎতুনা অমুক তমিন্না লৈকরে।

অদুবু শোক ১৯৯৮ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকা মশা অমা বিষ্ণুপুরদা হা লোকং পী মতা দা ওঝা শ্ৰী নাল্লবীব শৰ্মা শাস্ত্ৰীনা পীবিবনবা থৌনা লি ভেল অদদা ইতা লগা সাহিত্যগী সেবা ঙসিফাও চংখবকপাসিদদি শৈবে লাইবিক অমতংদি শোযদনা পুথোক্নি হাযবাস অবেপ্লা বাখল ওইবে। অদুবু খন্না খন্না চহী তরুক হৌখ্রে। পাঙথোকপা ইঙম ঙমদ্রে। ঐনা অমুক খল্লুই, কুনশুবা শতাব্দীগা ইকোন কোন্না যোঙবা লাইবিক ওইহনগে খন্দুনা হৌখিবা ডিসেম্বরগী তাং ৩১ দা যোঙগে হোৎনরুই। অদুবু নদুসু অবাৎপনা থল্লি। শৈবেংসু ফজবা খন্দোকপদা নশা হেক্তা শুদ্রে।

হন্দাক্ত ইথৌ অমা ওইনা হোৎনবে। নম্বা হেক্তা হৌবে। নম্না নম্না ইবা শৈবেং খবসু যাওবে। হান্নগী শোক ১৯৭০ গী শৈবেংসু খবা শেমদোক্লগা হাপলে। থোক্লবা অমা লাক্লনি খল্লে, শৈবেং যাম্খৈগী লাইবিক অমদি নম্বা লোইবে। পুথোকপা যাবগী ফিভম উবকপদা মিহুল চোংবা অমুক হৌবে।

অপাবশিংগী খুৎ যৌখিগদৌবে। কবি হাযনবক্কনি। ৱাখলনা ঐবু অমুক পোত্থাহন্দ্রে। ফোঙলম্লগা ঐ লংফৈদা চৎথ্রসিবা হাযবদু যৌনা খঞ্জববনি। নহা ওইৰিঁঙৈদা ফোঙহৌগদবা, চহীগা চানদ্রবা শৈবেং খবসু যাওবি। লাইবক যেংবা হাযবদুনি। পুল্লপ পেক তৌশিল্লগা থাদোকদৌবে।

মতাংসিদা ঐবু থৌনা পীবিখিবা মযাম্বু নীংশিলকই। মকুপ ডাক্তৰ থোকচোম ইবোহনবী সিংহবু কবম কাউগনি। ঐবু লাইবিক অমা ফোঙদবা যাদে হাযবিবদা নত্তনা লাইবিকসিগী মবমদা ৱাহৈ খবসু ইবিবির্বনি। থৌনা পীবিবগী মথক্তা শৈবেং পামিন্নদুনা মতাংচানা ৱাহৈ খবদং ওইববসু হাপচিনবিখিবা মকুপ মপাং খবসু লৈবি। মখোযদুদি শ্রীনোংথোম্বম ইবোপিশক সিংহ, শ্রীথৌদাম থম্বাল সিংহ, শ্রীলোইতোংবম গোবা সিংহ অমসুং ঐগী ইশেল শ্রীযুমলেম্বম কমল সিংহনি। মখোযগী লমন তোল্লে। মথঙদা প্রুভগী ষ্টেজদা শৈবেং লোইনমক ঐনা পাবগা মুন্না তার্বিখিবা অমদি থাগৎ ৱাহৈ পীবিবম্বা ঐগী মকুপ শ্রীৱাই: মধু সিংহবু ঐনা কাউবা শুকঙম ঙল্লবোই। অমনা কোভবগী লাই অমতং যেকপিনবা হাযজকুবদা হবাউ হবাউ যাবিবকখিবা ইনাও শ্রী কোবা, মোইবাংবু ঐনা কবিনা লমন শিংগনি। লমন তোর্নশিঞ্জবে।

মথঙর্সিদি ঐসু মেম্বৰ ওইর্জবিবা 'ৱাইটর্স ক্লব মণিপুৰ, নম্বোল' বু থম্মোয শেংনা থাগৎচবি। ফোঙবা ঙল্লগদ্রা খনখিবসু ক্লবসিগী মপান্দগীনি। ঐগী পার্লি লাক্লে খুৎই পীখৎলক্লো হাযনা ৩কশিল্লকপদগী ঐগী ইবগী খোঙজেল যাংশিনখিবনি। অদুবু ক্লবকী মফমদা ঐনা অনম কনবা থাফম অমদি লৈখ্রে। লাইবিক মমং অসি 'উন মবক্তা মৈগী চীং' হাযনা থোনবনা ফজবোইদ্রা হাযবীবকখিবনি অদুবু ঐনা পামজমনথ্রদুনা 'থাজগী অমম্বা নাকল' হাযবসি অসুম থোঞ্জবগে হাযজখ্রে।

লোযননা লাইবিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা চাউববা থৌদাং লৌবিখিবা ইবোযাইমা প্রিন্টবর্স কী ইচিন-ইনাউশিংবু ঐনা কাউবা ঙমগনি থাজদ্রে। ওহ্নোক্লা থৱায় যাওনা হোৎনবিখিবনি।

শৈবেং যাঙ্খে অসিগী মনূংদা অমতা ওইববসু পাবা যাইনা হাযদুনা অপাবশিংদগী হাযবিবক্লবদি ঐনা হোৎনজকবা পূম্বা মহয যাল্লে খঞ্জগনি। মযামগী খুত্তা লাহোকচবে।

পূম্নমকপু খুকমজবি।

তৌবুল
জুন ২১, ২০০০

সলাম তোম্বা

ঐবু
খূজেং পালোইননা
হৈনা তম্বিবল্লগা
অৱা-পোৎলূম্না
পলেম মঙোন্দা শিন্নবম
অমং-যাইখোঙ কুমগ্রবা
ইপা ইবুংঙো, -ইবোমচা সিংহ
অমদি
মচাবু মী ওইনবা শেম্বদা
বায কৌবদা হাযবমদ্রবী,
নুংঙাইবা শককসু ফংখিদ্রবী,
পলেম ইমা ইবেম্মা, -লসমী দেবী
নখোয অনীগী
নফমদা
কচ্চবি।

সলাম তোম্বা

## থাজগী অমম্বা নাকল

*শৈরেং* *লমায়*



**থাজগী অমম্বা নাকল**

## মিলেনিয়ম অমনা লাকপদা

কুইনা ঙাইববগী তুংদা
লাক্লববা নঙ ঙসিদা
কযাদি ব্রানববা মযামসে
নঙদবু ঙাইনবদা।
চৎখ্রে কযামসু ঙাইঙমদনা,
হেল্লে ঐদসু চহি যাঙ্খ্রে
পুবক্কদ্রা খন ঙাইবদা
আশা মযাম অমা –
অচৌবগীসু, মচাগীসু
লাযববগীসু অদুগা ইনাকখুনবগীসু।
অদুবু কদায
লাক্লে নঙদি নমিংদা হোংলগা,
অমনবা ফিজোলদুসু হোংলক্লে।
অদুগীসু মথক্তা
কবিগীনো নঙনা হবাউ মোমোন্নদ্রিবা
তাবগা মীযামগী খোল্লাউবু
নঙবু ওকচবগী।
কপ্পববা নঙ অহোযনদুম
হিক হিক, উকবগা
তৌবল্লিবা ফিভমশিংসে লমদমসিদা ?
খঙলবনি ঐদি নহালনা
তৌবগদৌবিবা পূম্বা নহাক্লা
হে ! অনৌবা মিলেনিযম !!

*থাংজ, ১/১/২০০০*

# নঙ শোয়দনা কপ্পমগনি

মীওইবনা ঙসি
খম থেংনা চাওখৎলবসিদা
কনানো ? কবিগীনো ?
অপিকপা থম্মোযনা নহাক্কী
নশাগীদা খনবা, খুববা মিৎযেংনা
নমিৎতি মৈবুলমুক ঙাঙ,
নখুত্তা থাঙশাং পায
নঙগী হেক নমামকপ্
মখুৎ-মশা ককথৎলগে থৌবাংলিবা -
তাপ্রববা নঙবু ?
মমা হাৎলগা শহিদ ওইখি হাযবা
ইকাইদববা লাউবক্লিবসে
"অহিংসাগী পোক্নফম, হিংসাগা লম ওইবে"।
ধর্ম্ম খেন্নবগীদমক, লোন থৈনবগীদমক
নথম্মোযনা অদু যৌববা ?
হেক পোকমিন্নবা,
শকসু অমত্রা শেন্নদ্রবা
নচিন-ননাউমকপ্ হাৎপা ঙম্নবা
হে অথৌবা !
নঙ লাল্লে, নঙ তশেংনা ঙাওবে
নঙগী থাঙদুনা হাইগর্থ্রবঙে
খঙ্বন্নবদি মিৎকুপ 'মতং তিনবু যোৎতনা
নত্রগনা
চোইনা তাহৌববা মাযথোঙদো
হয় 'মুক্তং যেংলন্নবদি নঙনা
হে থৌনাফবা !
কপ্পমগনি নঙ নোং খোংবগুম
হাৎপগী মহুত্তা, শোযদনা
কোন্দুনা চুপ্পমগনি মখোযবু নঙনা।

২১/১১/৯৪

## লমখুনু অনীথক

অযুক অমা
লমখুনু অনীথক
থবো কাঙদ্রুম ওনবখে
তাবকই
খৎন খৎন
ঐখোযগী লমপাকমক্তদা–
লেপ্তে
চিকথৎনৈ, ফোযদৎনৈ
মশা মশানা ফুদৎনৈ
ঈখেং তানৈ।
কবিগীবু ওইবিগবা
লাব অমোম্ব ওইবিদ্রা
ওত্তে-শিংদ্দ বাবক্লনবা ?
লত্রগা
লুংশিনদ মৈবী যৌবত্রা মখোযদসু,
চীং তম খাযনবগীবা মখোযবু
ওম্থোকপনি!
মিৎকুপ খবগী মতুং
ভাঙ্গা খঙবী হবাইমান
চোংশিনখি নাবোলদগী
নাম্থোকহনখিদে।
মতমদুদদি
চোকথববা মশা মবিদুনা
ফৃজিনজৈ হন্না হন্না, নীংতম্নবগীদমক
কৈদৌকনি, হেনগ্রবদা মতমদুনা।
১৬/৫/৯৭

## লায়রবা পাখণ্ড কমদৌনি

লায়ববা পাখণ্ড !
থবক্কী থবক অঙ্কানি
শেল থোক্লগা লোইবেনা
নাপেৎ ওইবদি কমদৌই ?
ইকাযজৈদা, জাৎ তাব ব্রানিদা।
অদুগা বিক্ষোদসু থৌনবি
মচি অমদা যম
মুজি ওইবদি কমদৌই নহাকপু ?
তঞ্জেদা, ইনাৎসু নত্তনা মদুসু।
অদু ওইববদি নহাকপু
জাৎসু তাদবা
ইনাৎসু ওইববা
লৌবুক্তা কুম
লৌ উবদা তাবেদো।
তল্লি, তল্লি, মদুনা মী ওইবোইকো।
অদুদি লাযববা পাখণ্ড নহাকপু
কবি থবক্লো নহাক্লা পাল্লিবা
মতমসে থিনগ্রে, শিক্ষা অমদি পাযবোনা।
তলব চাব থবক, তলব চাব থবক।
আশা লৈত্রে মদুদি, লাযববা !
থবক চাম্মগী মনূংদা
কোটা-নুংদা খাযদোকখ্রগা,
শেঞ্জাও পাযবগীসু খাকখ্রগা
নওগী কৌবদা লৈহৌদ্রে
উপায অমা থিহৌবো।

৭/৩/৯৪

## লৈচীল্লকসিদা

হে লৈচিন লৈবাক !
লশিংগুল্লবা
নঙগী মবোল মবোল,
ঙৌদ ঙৌবা
ঙক্লানবা, খবনা অমুবা—
পাইদুনা লৈনিংলে পুন্সি চুপ্পা
নবকসিদা অসুম
নবকসিদা অসুম।
মীচিক মীবাউখোল ভাদ্রবা
নঙগী লৈবাক,
ঙমখৈ লৈত্রবা নঙগী নবমদম
যেংবগী পেনবা নাইদ্রে
শুমহৎলে ঐবু
থম্মোযনা হংলি
স্বর্গ হাযবদুবু অসিবা ?

ইশানা ইশাবু কাউবে
মঙলান্দ তাউবে।
তোঙান্না তাহৌববী লৈচিন মচা !
পাইবিবনা নুংশিংকী মাঙ থানা
কবি অথুবা লৈহৌবা নঙগী ?
থিবিবনি ঐসু অদুঙৈগী লৈচিন মচাদো
চান্নবীগী থম্মোযবু শুমহৎখিবনি মানা নোংমা ।
লৈত্ত্রববা মাবু
লোত্তুনা মচী অমদা
লৈবমখিনি মহাক
পীখিবনি বব চান্নবীনা
"লৈচিন মচা নহাক, নোং ওনবা নাইবনু" ।
তাখীবগুম তৌবনি মাসু
চীংদোন খেৎনা পাইবদুনা
উখিদ্রে নুমিত্তুদগী অদুম
সনা অহীংবা মচু মানবীদো ।
তাও লৈচিন !
লৈহৈদ্রে মালেমদো
ঐগীনিগা মাগীনিগা
শিংকুপ শাহৌবে পৃথ্বী,
কদায নঙগী লমদমসিদি
লৈই অমতসু চিংলমদ্রে;
চামথোক্লে ফনা নঙগী নোংলিক্লা
তাউথখ্রে ফনসু নঙগী ঈচাউনা
কোকপা মবৈত্রে যেংথীনবদি
খীকপিবো হন্দক্তি থৌজান' ঈবিক
চামথোক্লো মীওইবগী থম্মোয
নুংশিনবা হাযবদুতা লাক্লবা ।

২/৮/১৯৯৭

## করিবু ইসিগে

*ঙসিদি*

থেঙলবা অহিংসিদা চিক্লা
চাইথবক্লিবা থাবলগী ঈপোমলকসিদা
নীংথিবী শক্তম্বু নহাক্কী
খোৎচিলহৌগে খন ফন্নিবনি ইদোম ।

*অদুবু ইমা !*

ইসিগে কবিবু ফজবা
তপথবা লৈত্ৰবদা ৱাখলসিনা
মৈশাসু ফাওববদা থম্মোযনুংদা
উববদা মিৎসিনা উঁহৈদবা ঙাক্ত।

*যেংঙু ইমা !*

যেক্কে মখল্লি নহাক্কী
ঈংনা নীংথিবী নশক্তম
চোংথোক্লকই হেক্তা নহাক্লা মিৎমাংদা
খ্বাংচেৎ মচি লাং, মৈনম খুত্তা পাযবদুনা।

*ফজবগী হাযকুববদি —*

হৈনম লৈনম্লা হাববা নশাইকোল,
লৈচিননা পাবা কুপ্লিবা নশক্তম
ফংলোই কৈদসু, হেন্নদুম নীংথিবে থাজসু
নঙগী অতিযা মচেৎসিদনা।

*অদুবুনে ইমা !*

লানবুং ওল্লবা নঙগী নতম্বাক
মীহাৎপুং ওইববা নঙগী চীংলোন
ফাওদ্রে অইংবা অমতসু থাবলসিদা
ভুমদ্রবা নত্রা নঙসু নচাশংগী খল্লবদা।

*অদুনা*

কবিনো ইগদবসিবু ইমা !
থিকববদা ফজবা ৱাহৈ অমতং
চোংথোবকই হেক্তা অথীবা চাম্ম-চাম্ম
গোবক্রে বাহৈ অমতসু লৈসি লৈথোলগী।

*অদুবু*

খাঙঙু ইমা, খাঙমিন্নখিসি মতমদুফাও
লমজাউখোন্না চাক্লম্বা লম্মৈদসু
মুৎখি মদোম, মুথৎলুবা নাইদনা
মুৎখিনি নোংমদি, চাক্লিবা মৈবীসিসু শোযদনা।

২৩/১১/৯৬

## ঐদি কবি নত্তে

ঐদি
কবি নত্তে
থাবলগী ফজবদা ঙাউজবা ঙমদ্রি
থম্মোযদা ফাওবিবা থবাযগী শৈবোল
খঙদে ফোঙদোক্কদগে কবম্বা বাহৈনা ।
ঐদি
কবি নত্তে
কংল পামেলবু য়েন্নীং চোংহনবা,
পোন্নীবা লৈবাংবু লৈশাৎ তমহনবা,
শোক্কু খুদিং থবায হাপ্পীবা
কল্পনাসু লৈত্রি, প্রতিভাসু যাওদ্রি কবিগী ।
ঐগী
অশেঙবা হাযববু
ওৎলক্কবদা মীবু মীনা, হিংন হিংন,
লৈবক্রবদা অচুম্বা হাযবদুনা খুন্নাইসিদা;
মৈবা চিংলকই থম্মোযসে, লাউনিংলকই
যজবা থীবা খল্লক্কে, হেক্তা ইনিংলকই ।
কপ্লিবনি
ঐসু ইনা ইনা
মীখা পোল্লক্কবদা নীং তম্ন তম্ন,
মাইকৈ খুদিং মমশিল্লক্কফাও ঙান্ন ঙান্ন,
কবিদি তৌবা ঙম্লি ইবমদমসিগীদমক
ইবম্বা নত্তনা বাহৈ খবদং, তাবীদ্রবসু তাবীববসু ।
ঐনা ঙাইবি
মতম অমা
লমসিগী কবিনা অশাউবা শৈবেং ইদ্রবকাল
লমসিগী চিত্রকাবনা ঈগী তুবি চিংদ্রবকাল
লমসিগী কলাকাবনা কাযনা ঈশৈ শক্রবকাল
লমসিগী চীং-মান্না তেংথা-নাওইদ্রবকাল
পোখাগনি ঐ নে তানা মতমদুদা ।

*৪/৩/৯৮*

## নখোয়বু ডাইরি

মবৈবাক্কীদমক
থৱাযনা পোম্বা ওইখ্রবশিং,
তুংগী মীবোলগীদমক
শিববু খোঙচৎ অর্মনি খন চৎখ্রবশিং
কৎলি নখোযদা বাহৈগী শ্রদ্ধাঞ্জলি।

চাম্মবক হন্নখ্রে ঐখোয
নীংতম্বগী অর্থ, খেন্নবদি লৈখি অদুম,
ঐখোযনা হায, "নীংতম্বা হাযববু ফংলিবাসনি"।
যাব কৌব লৈখিদে নখোযনদি
চৎখি নখোযনা শাউবংননা
তিংখঙনা থল্লবা লম্বীদুদা
লৈহৌই ঐখোযনা মীনা শেম্বীবা লম্বীসিদা।

নীংশিংলিববা ,
খামখিদনা কযাবক ঐখোযনা
কৌখি খোল তাবখে —
"লম্বীদু লাল্লে, হল্লকখোগবা নখোযবু"।

কযাদ ব্রাবৌনা যেংলমখ্রবা নখোযনা
ব্রাদি ঙাঙলমদ, শুক্লম্বনি নমিৎ
চৎখিবনি নখোয হন্নফাও যেংলমদনা।

উবেদনা ঙসিদি
ঈপাম মৈহৌবে, তাও লাউবিবসে,
"ইদু নিংথৌ যাওদববা, খাম্বি মৈকল্লো"
কল্লে শিবা তাব, কনদ্রে মাঙবা তাব
যেংহৈদ্রে, ঙম্লবোই খাঙব অমুক
কবি মতৌ কৌবগে মসিবু।

খল্লিবনি ঐখোযসু—
যেংলি ফাক্কুনা ঈতিহাসকী লমাযশিং
খাম্নসু যাদ, ইনবসু ঙমদ
খাঙবাদ বাববনি তৌবিবসে
খল্লকই কবিগুম্নদা
নখোযনব্ চুম্লববা '
থিনিংলকই ইনৌ নৌনা নীংতম্নগী ব্রাহম্বোক।

অদনা থবাযশিংনা
শজিক মতুং ইন, থবা মমৈ বাযখিদ্রিঙৈ,
কোবৌহনবগী মশেক্লা
চাংলোন মাপলসি লানখিদ্রিঙৈ,
অমুক্তদি লাকউগবা
ইমাগী মান নখোযবু,
থিমিন্নাসি অমুক্তা
নাংতম্বা হাযবদুগী অর্থ—
নখোযগীদুসু নত্তবা, ঐখোযগীসিসু নত্তবা
যানগদবা মীওইবা পৃম্বনা
ঙাইবি নখোযবু খৌবাংনা
লাকউকো।

৬/১০/৯৮

## নোংপোক থোঙনা হাংবদা

হাংলে ঙসিদি থোঙদু
ওম্বোক্লা কুইববগী তুংদা।
য়ুমদোমপোক্কু লৈরি
নোংপোক নোংচুপ তাইনফম্মক্তদা
লাকপনি হায়—
আঃ নোংপোকলোমদগী
অসুম অসুম অসুম।

থা তকক শূবগা চহি অমা চানৈ,
পুন্সি হাযবদু সিনিদনা
শিগদবমক পাম্মুনৈ
খাতু তকক্কী লমদমদু।

কলাগী মন্দিবনি—
নুপামখৈনা থাঙ-তা, মুক্লা,
নুপীমখৈনা জগোয-ঈশৈ, ফিশা লোনশা।
মমৈদদি প্রলযগী নুংশিৎ নোংচুপলোমদগী,
যাওবকখি অখাক অবাউ,
লেনঙাক্ত মতম মতম

ওম্ভোকপনি!
লোনবীখ্রে নোংপোকথোঙ মতমপুম্বগী।
লৈবদি তাখি অদুম
নোংচুপলোমগী মযামদুগা
শকসু মান্নদা, লোনসু ফাওনদা।
হোৎনবে মীবোল কযা, মথং মথং
হাংব কৌবদি মঙমদ্রে থোঙদু,
হৈব্ হৈনবে ইমূংদ্
মযাল তুযালগী পুন্সিদু।
কাযনথংদা ঙসিদা হাংবিববে,
থোইনসু হবাউদে
থোইনসু ব্রাদে ইমূংদুদি।
হাযনৈ, "কবিবু কান্ননি,
নোংচুপথোঙদি লোন্দনা
হোত্রোংদুম হোবনি ইমূংসি"
খঙডি ইমূংদুনা, ইমূংদুগী নত্তে হাংলিবদু।

অদুবু উজবদা কোবৌহনবগী মঙাল
লাইবেল লাবদি যাওল্লে, হূইথৌলাবসু চীযেংলে;
নোংশা মাসু পাঙ্গলবা, হৌনা হৌনা খোংলক্রে।

৫/১/৯৬

## ব্রাকৎ

হাযবম্মী হায
হল্লকখিনি যীশুনা
ঙাইনবি মনাই লিশিং লিশিংনা,
ধর্মনা
মবায চাযথবক্লবদা
হিংসানা
অহিংসাবু নমথবক্লবদা
অবতাব তৌবিবক্কনি কৃষ্ণসু;
অদু মঙায
অল্লাহসু।
অদুবু
কৈদৌববনো লাক্লে,
উৎলদ্রে অমতা ঙসিফাও
মতমদি
চপ চাববনি -
মনাই মশেল হাৎনবক্লে যীশুগী,
ওৎ-নৈববে
হিন্দুনা হিন্দুবু, সিযাগা সুনিগা যেংথীনবে।
অদুনদি
হে ঈশ্বব!
হে যীশু, হে কৃষ্ণ, হে অল্লাহ!
মহাপ্রলয হাযবদুবা নখোযনা ঙাইবিবা
নখোযগী অমতা ঙাযববা পৃথ্বীনা
ঊফুল ওন্দুনা মাঙখ্রবদা
কবিবু কান্নগনি
নখোযনা লাকপগী।

২৫/৯/৯৬

## অমত্তা ওইখিবা

অচৌবা মেলা অমা
মদুদা অঙকপা কুম্মে অমা
নত্তে শক্কী, নত্তে ফিজেৎকীসু
তান্নবনি ফজবা মমিশিংগী।
চিত্থবা যাদে মী অমা
থোকপা তাখি ঐসু
খঙখিদে লৈফম চাফম
কবম থোক্লগবা ঐবু।
কবিদ লৌখৎনিংঙাই লৈবি ঐবু
ইশুনসু যাওদ, ইতৌসু লৈত
অদুবু ঙকপনা লোইখি ঐ
ওহ্লোকপা কুম্মে হাযবদুনি।
মতীক লৈত্রবা অমা, মথঙদ ঐ
অদুদগী বীউটি কীন, মথঙ মথঙ
কনানা ফজবা, কনানা থীবা
খেন্নবা অমতসু, যাওদ্রে মমিশিং।
অমত্তা ওইখি
ভিনশিনখি অদুদগী
অচৌবা মমি অমদা
অদুগা মাঙখি অমম্বা অমদা
অসুম অসুম।
৫/১/৯৬

## জপানীজ কোট

ফেসিষ্ট !
নাৎসী !!
জপানগী মিলিটৰিজম !!!
এক্সিস ফোর্স অমবোমদনা এলাইদ
জর্মন্দগী হৌবৰ্কাখিবা অঙাওবা লম্মৈ,
পোলেন্দগী হৌবগা মণিপুবফাও;
কবিদি লেমহৌবি, কনাদি লৈহৌবি।
সম্রাজ্যবাদিগী মাযোক্তা সম্রাজ্যবাদি
কন্সেন্ট্রেসন কেম্প, ঙৌদুনা শিখিবনি যীহুদি শিং।




মহাপ্রলয !
এতোম বোম !!
অমতসু নত্তে অনীনি
ইস' উফুল ওল্লমগদৌবে পৃথী !!
নাহেখোল, মীবাউখোল, হূ পুবা নুংশিৎ
পুমকুপ কুপশীল্লকখি মালেমসে,
অকনবনা অশোনববু, অচৌবনা মচাবু,
যেঙ্থোক্লখিবনি মাগী মাগী অমত্তা খাক্তনা।
ওইববে মণিপুবসু শক্তি অনীগী চাংয়েংনফম।
অজাদ হিন্দ ফৌজ,
নীংতম্বগীদমক;
নেতাজীগী "দিল্লি চলো"।
যৃজিল্লকখি নোংলৈগুম জপানীজশিংগা লোযননা
অবোইবা লানফমনি, চাব-থকপ নীংনখিদে,
শির্বনি খঙনা, জপানীজ মঙাখক
শোক্লখি নুমিৎচুপ্পমা, কোযশিল্লক্লিবা যেক্লবশিংগা
শিন্থখির্বনি পিবাং, অউবা খুদিং মখোযগীদমক।
উসাদা যালম্বা কোট অর্মদি, ঙাইবি মখোযনা হল্লকপা।
কাউঙমদে
হে অথৌবশা !
নশক নমিং খঙহৌদ্রবশিং !
ঙাইবি ঙসিফাও, নখোযগী কোট অদুনা
খোঙ্গূল লীবকপা কনাবু।
নখোযনা যাতাখিবা কোমদুসু
ঙাইবি 'জপান কোম' মিংথোন্দুনা
নখোযগীনি হাযবা মী অমতং
লাকপা কৌবদি মবৈত্রে
ঙসিফাও।
জুন, ৯৫

# ঐনা ব্রারিবদি

লৈবাকসি
মতৌ অমদি তৌবে —
হামচৎনববা থব্রাযশিং,
চবান্নবা হকচাংশিং,
জগোয শাবি, ঈশৈ শক্লি
অমনা ঙাঙবসু তাদে অমনা
কর্বি থোক্লগবা তৌবিবসিবু।
নুংশিবা
নুংশিনবা, চান্নবা, ঐখোয মশেল
পামজখ্রেদা ওষ্ঠোক্লা ইবমসিদা।
অদুবু কদায,
ঐনা ঐখোযবু থাজনদ্রে
ঐ:খোযগী ব্রাহষ্টোকসু
পিকশিল্লক্লি অসুম অসুম।
ঋজিল্লক্লি
নোংলৈ নুংশিৎ অমসু
থিংবা ঙমদ্রে, শুকঙন ঙমদ্রে
ইজাৎকী মিং কৌনদ্রে,
ইনাৎকী ফিজেৎসু শেংনদ্রে
মীতৌনা শক্তাক্লবে
ইকাযনবে ইতৌদনা।
লুবিবদি
মোৎশিল্লক্লিবা ঈসিনি অসুম
ইন্টিগ্রেসনগীদমক, নেসনেলিজমগীদমক।
ঈনা জাতি শেম্মী, ধর্মসু, চৎনবীসু ঈদগীনি,
অদুদি কদায, কনানদি খম্ভবি,
চৎপা মান্দবা পৃথ্বী, নুমিত্তি অদুম মতাখিনি।
ঐ যাম্না ব্রায খল্লবদা পুন্নমক
মাঙখ্রগদ্রা ঐখোযবু অসুম।

৭/১০/৯৮

## অশেংবা হায়জবা

নঙনদি হাযবি
মীগী মী অঙ্গানি ঐখোয
লৈমিন্নসি, চামিন্নসি, নুংশিনসি।
হাযজগান ঐদি অশেংবদুদা —
লৈমিন্নবদা মাঙজবসে ঐদনি
অদুনা ঐদি
হেন্না নুংশি ঈবী ইতানা,
শক-চু মান্নবদুসু নুংশি মথঙদা
অদুদগী ঐগী হৌবকফম
মৈতৈ জাতিগী হৌবকফম
ঐগী কাঙবুগী হৌবকফম
লাপসনু, নকসনু
ওম্বোক্লা নুংশি ঐনা।

২৩/১১/৯৯

# থাজগী অমম্বা নাকল

হে নোংইন !
থাবলগী ঈপোমদা
থাজ মাগীদমক
অহিং মিৎশেল খাঙবখৈ
নঙ কয়াদ ৱারবা,
কয়াদা নীংজখ্রবা মাবু নঙনা।
করিগুম্বদা খঙ্করুদবরা নঙবু —
'থাজদুগী নাকল অমদি
শুক তরেৎ শুবখৈ মম্মী হায়বা'
খল্লুবা নত্রা —
'মঙালতনা কুপ্লিবনি মাদি'
অদুনবু নঙনা
উৎলদবনি নশক থাশিগী অহিংদদি,
উৎলম্বা থোক্লবা কবিগুম্বা
তারমগনি শোয়দনা অমম্বগী মপাউ
নঙগুম্না ঙাওজবিবী থবোদগী।
অদুনা হে নোংইন !
নহাক কযাদ লাল্লবা।
নঙদ নত্তে
ঐসুনি
থাজ অমগীদমক ঙাওরুবে।
থাজবনা থুমহৎখিবনি,
করিগীদি থাজরোই
মানা কপখিবদো ইতম্নাক্তা
অদুবু ঙসিদি কদায়—
অদুনা নোংইন !
নঙসু লাল্লে, ঐসু লাল্লে,
উরিবসি মীনম্বা ওইরল্লে;
মঙালদুমক মীনম্বনি থাজগী
অমম্বদুনি অশেংবা মশক্তি।

অদুনা
থাজবা ঙমদ্রে ঐদি মপাম্ছোংদা
লৈরি, লোৎলি অচুম্বদি
অমম্বদা
মরুমদা
অরোনবদা।
মনীং তন্নি মীওইবসু
উৎথোকলি মাগী মচৎ
তশেং তশেং
অমম্বদুদা, অরোনবদা।
তাও নোংইন !
লাউরম্মীদনা মপিমক তানা
লৈবাক্কীদমক, লাইববগীদমক নুংশি শাদুনা
তিংথোরকই মখুৎশিং অমম্বদনা
লুট তৌবিবি লাইববশিংবু।
অমুকসু
নুপীগী ইজৎকীদমক
শিবা ঙমগদবা মানবশিংদো
থার্জসিগে কবম্না
অমম্বদদি, অবোনবর্দদি —
পুন্নমক নুংদ অমা, পান্দ অমা।
অদুনা নোংইন !
কপ্পবসু মীনা, কপ্পিংদ্রে ঐ,
নুংশি মীনোক্তসু পঙথদ্রে অমুক।
ঐনা থাজৈ —
লোইনাইদ্রবা
অমম্বগী খোঙচৎসিদা
ফংগনি শোযদনা নোংমদি
তিংবগী অর্থসু
অশেংবা মশকসু পুন্সিগী।

১৫/৫/৯৫

# পুন্সি

পুন্সি
ঐ নঙবু তশেংনা নুংশিজৈ,
ঐনা খল্লিবসি নঙগীনি;
পলেমগী সিযোম্নুংদগীনা ঙসিফাও
নঙদবু শেন্নবদা
কযাদ ৱাববা ঐ, খঙদববা ?
অসুক কুইবসি
চোকথবে ঐ নঙদ ঙাঙনবদা,
চেম্ছনবদা হোৎনৈ নঙনা অকুৎপদা;
ইনখৎনবা হোৎনবি ঐনা চীংমাযসিদা নঙবু
ঙহাক লৈতে খৎনবিবা
নঙনা ঙম্লগা হবাউবা, ঐনা ঙম্লগা শাউবা।
শাউনিংলিবদি
উবা যাদে নঙদি ফজবা, নুংঙাইবা
নহাক তাদে ঐনা হাযবসি —
নুংঙাইবা যাবোই ৱাদনদি
ফংলোই ফজবসু, মিংচৎসু কৈদৌঙৈ
কযাদ বাবৌগ্রবা নঙনা মসির্গীদমক।
হাযবিবর্সিনি
নঙদি গঙ্গাগী ইচেলগুম্বনি শেংলবা
চেম্ছবকপনি মহাক উনগী শুকংদগী
উফুল মবীক পক্তনা, লিক্লাই মচু মান্ন
সিযোম্নুংদগী লাকপদা, পক্লক্তে নঙসু নপাপ অমতসু
মসিদবু খঙদে নঙনা, খঙজিন্নদে।
মসিদগী হেঞ্জিল্লক্লবদি
তৌহনবা তার্বানি নঙনা থোকপদা,
লৈকনবা লোক্লুংদা নুংদুমগুম তাদুনা,
উগনি খল্লুবনু মঙাল অদুদি
উগদবা চীংদোন যৌবগা
মদু পাম্ববা নহাকপু, পুন্সি।

১১/১২/৯৮

## শজিক থবা

নুমিদাংৱাইগীনা থবা ও '
নোংচুপ চীংযা পক্লা
নদোম চীক্লা ঙানবদি মকশিন্না
নথঙলেন কোবৌহনবা চৎখিদৌবে
ইন্নকুববা যেংহৌনবা।
নোংঙাল্লমদাইদনা শজিক ওই
নঙনা অমুক মাযথোঙ ঙান্না
ঙাল্লম্ববু নোংপোক অতিযা মচেৎতা
নথঙলেন কোবৌহনবদো ওক্লবা
ঙাইবিববা মিৎশেল খাঙনা।
যজৈদকো নীংথিবা, নমীংনে নতৌনে
যেংবগী পেনববু নাইদ্রে নঙসে,
যেংলির্বান লোন্না অশোযবা অমত ,
কাযবমদে নোংমতসু নঙগী খোঙচৎ
চাউথোকচৈ অদুমক্তনা কোবৌহনবনা।
কবিবু হার্যসিগে থবা ও '
থিনিংলকই তাইবংসিদা নঙগুম্বী অমতং,
লৈ হাযকববসু ঐনা, মান্দে যাগদবা নঙনা,
উবিবনি নঙদি লোইনা চৎনবিবা পূন্না
লোন্নবু ওইবসু, ফোংনবু ওইববসু।
অদুবু হার্যনিংঙি মসিমদি —
কুমথবকপা থোক্লবা নঙসু মালেমসিদা
মাযোক্লববদি কবিগুম্বা নুংশিৎসে শীৎলিবা,
ওল্লক্কনি নঙ শোযদনা তাইবংমী
চৎকনি অদুম চৎনবিবসে নঙসু।

২৫/১২/৯৮

## কংলবা তখৈল্লে

তখৈল্লে !
নোংমা
থমখিবনি নঙবু
চান্নবীমক্কি খন
লৈনম্মা লকানুং
নহাক্কা চেনাবক
কুইবেদা
রারৌরল্লগনি ওছোক্কা
থিবক্কে হায়দুনা নঙবু
নোংমতসু ।

তখৈল্লে।
খঙহৌবা নত্রা নঙসু
হংখিবদাই মহাক্না অদুঙৈ
ব্রাহং চাম্ম চাম্ম
ঙল্লোইদবা ঙাক্ত
খুম্বাঐনা।
খুন্নুববসু থযাইননা
পাউখুমদুমক্না ব্রাহং ওই
ব্রাহংগী ব্রাহং ঙাক্ত
নঙ কাউববা
ঐখোযনিগী পুন্সিদো।
ঐ নীংশিংলি
নঙনা কাযনবা নুমিত্তু
চান্নবীগী শমজীগা
সনা মচনি
নঙগী কুচু
থোৎক থোৎ
নৌগ নৌ
নঙগী লৈকাদগী থোবকপা
চেংহি মনম যাল্লবা
নঙগী লৈনম্না
থুমহৎখির্বনি
থম্মোয লৈকোলসে
ঐগী।
নুংশি পাউমেন্নববা তুং
নঙনা কোমগোম

খুবাম্মুংদ লোৎলগা
লাকখিবনি ইবানী
ৱাবী শাব শাবদুনা ।
ৱাশকখিবনি ঐনা
মীবাইবোই নঙবু কৈদৌনুং,
তশেংনা
নঙ ঐবু ৱাবৌবমলগনি ।
ঙসিদি নঙসে
পুমহোং হোংলম্লে —
লৈশক্তা ঙাইবম্লে
লৈচুদি মাঙলম্লে
লৈকানুংগী লৈনমদুনা কদাযদা,
চবাং মশাগুম পাববা লৈনানা
পাউদমগে ঙাইবম্নিবোই বানা ।
অদুবু লৈনুংশি !
নঙমক্তা অমুক
ৱাহং ওইবক্লবসিদদি
লৈতাদ্রে ঐ
লৈফম খঙলক্রে ।
উবেদনা নঙসু
পুমওন ওল্লবনি —
ঐসু, মাসু, নঙসু
ঙম্নমগদবা মান্দ্রে অদুনা
পাউখুম্নম্বদি হন্দক মপোকসিদা।
মবমদি
ঙম্নবোই ঐনা কৈদৌনুং
লৈনম অমুক পীবদি
নঙোন্দা ।

২/১১/১৯৮৮

## বৈতবনীদা ঙাইরমগে

নুংশিবা অমনা শিবগা
নুংশিবী অমনা ঙাইনচীং,
নূবা চাম্মনা শিবসু
পাখঙ চাম্মনা ঙাইনচীং;
মোনুনা বাবে পোম্খাফম
যেংঙু যেংঙু খুদিংদা
পূক্লিং হূনা নীংথিবী
চীংঙা অশিথেল
মকোই নুংওন চীংদুবু
          থবায নঙবু খঙববা ?
ভাইবঙ চেংজেল লোইবগা
হকচাং পোলাং থাদোক্লম
থব্রায চেক্লা অপিখক
পোম্বীদগী বিদায লৌ
মপূগী যাংখোঙ পাযবকাল
শম্না অমনা থোংযৈ ওই
শম্না অমনা ফৈবা ওই
লাল্লী হাযনবু হাযনবা
লাল্লোই হাযবসু যাদবা
বৈতবনী কৌবা তুবেলদুবু
          থব্রায নঙবু খঙঙববা ?

হাযখিবনি চান্নবী নঙনা —
"হন্দক মপোক অসিদদি
থুংনৌ হাযনবু তন্নমদ্রে,
মথঙগী মপোক অমগী
অশি মার্যকৈ পাংলকপকাল
বৈতবনীগী খোঙবান্দা
নুংশিবা নঙনা লাক্ত্রিফাও
কুমজা কযা ঙাইবমগে।
খেন্নবা লৈত্রবা লমদমদুদা
থৱায চেক্লা অনীনা
ওইগ-যেৎক তুফাঙ খপ
পাইমিন্নসিকো নীং-তম্না"।
তাহৌবা নত্রা থবায নহাকসু।
থৱায নঙবু তাববা
থৱায নঙবু কাউগনু
থৱায নঙবু ঙাইবমগনি।
চান্নবী মাবু থিবদা
ৱায কৌবদা হাযগনু
থৱায নঙনা থিযুকো।
অদুবুনে চান্নবী!
ওইবম্বা থোক্লবদি পুন্নমক
মীওইবগী কল্পনা
বৈতবনীনা কদাযদা,
কৈদনো হযেংমুক্কী মপোক্লা;
কদাযদনো মকোই নুংওন চীংদুনা
মতমদুদা
নুংশিবী নঙনা কদাযদা!

১০।৮।১৯৭০

শিদুনতা লৈরবা থৱায়

কুইবে খল্লক্লিবসি
পুন্সিসিনা লোইবমদাই
ইবমগে কবিনো অমতং

পাউদমলমগে লোন্না

## থম্মোয়নুংগী ৱাফম অমতং

যুগ অমগী কবিশিংদুদা।
অদুবু ঙসিদি লমদমসিদা
চৎনা চৎনা শিনবে,
শিবে শিবোইদবা ঙাক্তসু;
লৈত্রে তশেংনা শিবগী মতম
ঐঙোন্দা থোক্লবদি কমদৌবা
শিদুনতা লৈববদা থৱাযনা লমদর্মসিদা।
অদুনা ইবা তাই ঙসিমক।
ইনিংদে ঐদি অদুবু
মানা মানা চুম্লবা ঙাঙবদু,
মীহাৎপবু কিবদগী কনখৎপদুসু;
মপূনা চানবিনবা লাউবিবশিংদুসু।
ইর্গনি ঐদি, ইবমগান—
অচুম অচুম্বা, থোক্লি থোক্লিবা।
ইনিংঙি —
নুপীনা লমজাউদা শঙলগা
নুপানা নুংঙাইনা তূম্বগী ৱাবী,
শিবা কিবদগী মনম তৎলফাউ
অখাঙ কনবগী ৱাবী;
ইজৎ মাঙহল্লগা হাক্তোক্লফাও
মবান্নং তাজবগী ৱাবী।
লোইশিল্লকপদা
ইবমগনি থম্মোয শেংনা ঙাকপীনবা —
পাঙদবদু ঐসুনি, লৈখিবনি তুমিন,
থৱাযসিদা হিংনবা,
পুবদুনা শিদুনতা লৈববা থৱাযসে।

৫/৩/৯৯

# উন মরক্তা মৈগী চীং

ও তিব্বত !
ও চীংলৈবাক !
ৱাদবা ঙমদে নঙগীদমক
কযাদ ৱানা খাঙলবা নঙনা
পৃঙমদ্রবা কোলোনাইজেসনগী চৈনা,
অবাংদগী কাম্বুবল্লিবা এবলান্সতনা
কুপশিনখিবা তাববা নহাকপু ?
ও লমনুংশি !
ও শান্তিগা তুংনফম !
ভগবান বুদ্ধনা চানবীনি নঙসে ।
উনতনা কুপ্লিবা চীংলোন;
গঙ্গা যমুনাগী হৌবকফম
দিল্লি কাংশি মখোলতনা
শন্দোবল্লিবা নঙগী মোনাষ্টৰীদগী ।
অদুবু লমনুংশি
যেংহৈদ্রে নহাকসে
চাল্লি লোননা নথানুং
মতম ঙাইবিবা মৈগী চীং,
ওর্মলি মৈবী থম্মোয খুদিং
পোকখাযবকখিনি নোংমা খঙহৌদনা
ঙল্লোই মুৎপা কৈদৌনুং
ঈশিং ওন্দুনসু উন পুম্নমক্লা ।

নঙগী নশাইকোন

কৈশুমশঙ ওল্লে ঙসিদি

কপ্লি পলেম কযা মচাশিংগীদমক,
থাদোকখিবনি তল মযোমগা অহিংদা
পিখিবনি বিদায থম্মোয কাযনা।
কুমজা মশীং যান্নক্লে, পাবী মমোম উবক্তবা
খাঙলিবা নত্রা নঙসু, খঙনা খঙনা।

পলেম অমসু

মকুম মথাদি শুজিল্লক

কযাদা ৱাজখিবা, তুমখিদবনি মহাক,
পোল্লবদি নশাইকোন্দা বন্দি মওইগদবা,
চাউবক্লবসু নৱাদুনা নাম্বোকপদি ঙল্লোইদবা;
ফুক হৌগৎলি পলেমদু অহিংদুদা
তাইবং ফাওদ্রিবা মচাগীদমক।

নুমিৎ নির্ফুনি

খোঙদনা চৎখি লোন্না

চীংগী অঙম্বা, উনগী অঙৈবা মাযোক্লা
লাল্লকখিবনি পলেমদো নুংশিববী মবমদম
পোকচখি পাবী অমা তাম্লবা লমদমসিদা।
পিক্লিবা মপাবীবু লংথোকলম অমুকসু
যেক্লবনা খঙদ্রিঙৈ, থা অনিগী মতুং

হনখিবনি মদোম

অবোইবা খোম্লাং পিথল্লম।

পাবী মাদ নত্তে, পাবী পুন্নমক চাউবে ঙসিদি
কবম্না কাউথোক্কনি মখোযনা
লম্মৈনা কোযশিলহৌববী পলেমশিং

তাবিববা লমনুংশি।

নঙবু।

১৫/১/২০০০

## নোং ঙানদ্রিবা অহিং

মঙাল অমতং উবদুদা
টাঙ্গালদুগী উচেক মচাশিং
পাইবা হৌবকই অহিংদুদা
মনাং তম্না অতিযাদা।
তঙক তঙক যেংলি
মপীশিংদুনা ঙক্লা।
ঙাল্লনি হাযবসু ঙমদ্রে,
ঙাল্লোয হাযবসু চিংনবে
মিৎশেল খাঙলি মকোন্দা।
অদুবু
নোংদি মঙালদ্রে অহিংদু।

৩০/১/২০০০

# ঙাইবা

ঙাইদুনভা লাক্লবা পুন্সিনি
হৈনবে ঙসিদি ঙাইবা
লমদমসিদদি –
চাওখৎপা ঙাইবা,
নুংশিনবকপা ঙাইবা;
মীপাল তাংদবা ঙাইবা;
শিবা ঙাইবা।
ঙমগনি ঙাইবা পুন্নমক
অদুবু
লৈবে ঙাইঙমদবা অমদি
পম্বহন্নীংদ্রে মিৎকুপ অমফাও –
লাকপা, পোক্লকপা, থোবকপা
অশেংবা লুচিংবা অমতং,
শতাব্দী অমা লোইখ্রফাও
পোক্লকপা মবৈত্রে মশাক্তি।
মাবুর্তনি ঙাইবিবা
লমদমসিনা।
ঙাইখিনি।

২৯/১/২০০০

## অচম্বা

অচম্বা নঙগী লম্নাদা
কাব নাম্বব, চৎল নাম্বুব
চৎলি মীপুম খুদিংনা।
সার্কসকী থৌবা চৎপন্তম
চৎখি খর্বদি নথক্তা
যেংনখি মীযাম ওক্লা।
যেংশিল্লুবগদি নক্লা
যাওবম্মী হেক্তা
থৌবাদুদা মীনম্বা, অবানবা।
অদুনা লমদমসিদা
অচম্বা ঙাওলে হাযবিবা
মহাক্কুগীদমক
ঐ যাম্না ইকায।

১০/১/২০০০

## মিৎকী পি

ঐগী পি
ঐগী মিৎকী পিবাং
ঙকইকো তশেংনা নহাকসে
মবমদি
কৌববসু থওইনা লাক্তে নঙাদ,
উবগসু তৌশিন্নবা পিবাং
তাবকউ হায়বা মযাদে ;
অকল অবীংনসু শোক্লবা ঙমদে নঙবু
অদুগবু
কবিগীনো ঙসিদি নঙনা
থন্দুনভা লৈবিবা ঐগী মিৎলূদা
খঙলে নঙসে
থম্মোযদগী থোবকপনি ।
ঙল্লবোই অমুক থিংব
কাযববনিনা থম্মোযসে মচেৎ তানা
কেল্লক্লিবা থৱানমিচাক মযামসে
উবর্বসিদা ইমাংমক্তদা
নুংতিগী ।

১৮/১/২০০০

## করিগুম্বা হংলক্কবা ঐঙোন্দা

কবিগুম্বা হংলক্কবা নঙনা
কবিনো পাল্লিবসে ঐনা
খুমগনি পম্বদনা ঐদি
নঙনা পাল্লিবদুমক্কি ঐনা পাল্লিবা।

অদুবু

কবিগুম্বা হৌবক্কবা নঙনা
চৎলসিদনা অদুদি লম্বীসিদা
হঙ্গনি পম্বদনা নঙোন্দা
চুপ্পবা লম্বীদুবু নঙনা চৎলিবা।

মবমদি

মান্নববনি তশেংনা পম্বুংদি
নঙসু ঐসু মযামসু
চিংনবিবদি লম্বেলদুনি
পামজবিবা নঙনা।

২৩/১/২০০০

# লাক্লবরা নঙ ঙসিদা

হে নুংশিবা !
থিকবে কযাদি রানা নঙবু
হৌখ্রবনি পুন্সিসে তংখায অমা
ফংবদি লৈখিদে নঙবু কৈদৌনুং ।
অদুগা ঙসিনা
থিবা তোক্লদুনা ঙাইববদা
লাক্লববা নঙ ঙসিদা
হবাউ মোমোনগা লোযননা ।
কৌবিবনা কবিগী
খুৎলাম তোযনা ঐবু
কবিদি লৈহৌবি ঐগী
কথোকখ্রবান লৈজবা পৃম্বা নঙগীদমক
হে নুংশিবা !
মদুদান তাথীবিবা নঙবু ঐনা
কখোকত্রিমখৈ লাক্কে নঙদি
মাঙর্জদ্রিমখৈ চানবিদে নঙনা ।
মদুনসু পেন্দ্রববা ঙসিদি ?
থবায কযা কৎনবে,
মাঙব যাবা মাঙনবে
লমদমসিদা ।
লাকপা লৈত্রি নঙদি
কনাগী থম্মোযনুংদা
চীংদসু মান্দসু ।
মসিদি হৌনববা ?

৭/১২/৯৯

## নুমিদাংবাইরমদু লাক্লসনু

নুমিদাংবাইবমদু লাক্লসনু
পঞ্চযন্য মোইবুং খোংলসনু
অযুক্তগী লান্দ শোক্লবদা
চোকথববা হকচাংশিং পোথাজনবা
ঙহাক ঙহাক্তং লানবন্নুংদা।

চাকচামাঙদ লানবু লোইগনি হাযবম্বা
চন্দ্রলোক্তগী কূন্নকপা, ইন্দু মাসু তুখ্রে,
হযিং হাযব জাৎতুমা, সিন্দুব নম্বা ঙমখিবা,
পলেমগী সিযোম্লুংদা লৈবিঙে, বীহু মন্ত্র যাখিবা
পার্থগী মচা অভিমন্যু, বথী তবেৎনা হাৎখ্রেদো।

কযাদ কপচখি উত্তবা, ওন্ন থোইনন মদোম,
নোং খোংবগুম কপ্লিঙে, সুভদ্রা কৌবী পলেন্না
থুংলখিবনি আর্জ্জুন, বাশকখিবনি তন্নমক —
"হযেং নুমিৎনা তাদ্রবঙে, হাৎকনি ঐনা জযদ্রথ
বাশক কাযবা তাববা, শিগনি মৈগী কুন্দদা"।

কদায ইমা কংনৈপুং, নঙগীদি কদায
কপ্লি উত্তবা কযা, মপুবোইবা কাযনবগী,
তেংথাবি সুভদ্রা কযা, মচা শেৎনবগী
লাকপা কৌবদি লৈত্রে, আর্জ্জুনগুম্বা পষ্টৌদি
মিৎলৃদা পিবাংদি শির্ষ্ণবি, বাশকপদি মবৈত্রে।

অদুনা ইমা ঙসিদি, নুমিদাংবাইবমদু লাক্লসনু
সুদর্শন্না খলবিবনু অমুক কোবৌহনবা
চোকথবক্লবা হকচাংশিং পোথাবসনু,
শান্তি পর্ব্বদু লাক্লসনু লমদমসিদা
মথঙগী কোবৌনা ঙাল্লকপদা।

৩০/১/২০০০

[redacted]

## ৱা অমত্তা হঙ্গে তেলঙ্গা

তেলঙ্গা !
নঙ ঐ
ফনা কুইবে মুক্লবিবা,
কযাদি কুইবে চিংনবিবসে
নঙনা পাইখিনবা ননীংতম্না
ঐনা পাইহন্নিংবগী ফজনা।
শাউবি নঙনা ননীং তমহন্দে
ৱাবি ঐনা মাঙখিগদ্রা ?
অদুনা তেলঙ্গা
পান্নববা তশেংনা নঙ ননীংতম্বা ?
থাদোক্লোবা লংসে ইখুৎসিদগী ?
ৱাদবোই নীংব্রা নঙবু শেন্নবদা ?
অদুক যাম্না তৌবিমল খঙদবা
কাউব্রা নঙ নুংশিত্তা পাইবির্বনি
ঙমখিব্রা নঙ পাইখৎপা নদোম।
খঙজদে নঙনা
ঐনা ৱাবিবসে নঙগীদমক্কি,
পাইব উবগা নমৈ লেঙদুনা
কযাদ পেঞ্জবা থম্মোযসে।
নঙনা মালংদা, ঐনা নাবক্তা
থাদোকপা মিৎকুপ্তা ঐনা নঙবু
তাবক্কনি শোযদনা নকোক ঙাওবখৈ।
নত্রগনা নঙ
পাইখিনি অদুম মফম খঙদনা,
নীংতম্বগী মহুত্তা শেগাইবা,
পাইবগী মহুত্তা, পৎখিবা;
থিব ফংলবোই কৈদৌনুং
অদুবা পান্নিবসে তেলঙ্গা
নঙনা ?
৩১/১/২০০০

## শহীদ মিনারগী অকোয়বদা

ইম্ফাল সহর,
মতম অমগী ফৈদাবুং,
লেপ্লিবা শহীদ মিনার,
মতোন্দা কংলা-শা অন্তম
লেপ্লি চবাম্লববা নোংশাগুম
পাউদম্লি যুগ অমগী ব্রাবী।

অকোযবদা

তাবীবিগদ্রা খোঙউপ শেল্লিবা মুজিশিংদুনা,
খঙবীবিগদ্রা নাকলদগী নাপেৎ, মুত্তিযাশিংদুনা
উবিবিদ্রা দলান মতোন্দগী যেংলক্লিবা
হকচীক লাংলিবা, মবোল লোনবশিংদুনা।

তৌবিবদি

টিকেন্দ্রজীৎ বোড় মখোযগীনি
থাঙ্গাল বাজাব কনাগীনো ,
পাউনা বাজাবসু অদুমঙাই
গান্ধি এভেন্যু কমদৌবি ,

অদুনা

কপ্লি, লাউবি কংলা শা অহুন্না
মাযকৈ অহুমদা ওল্লদুনা
ঈঙ্গিৎ পীবি লাক্লে —
অবোনবা লান মাযকৈ অহুমদগী।

তাহৌই লোইনা

শিকি আনাদা বাজবিবী ইমাকৈথেল
বিস্নো থৌদুনা শেল তাল্লিবশিং
সবক্তা চৎলিবা ঈবৈচা পুন্নমক
অদুবু কদায, লোইনা মাযথীবে চাকখাওগী লান্দা।

অদুনা

থেঙলবা অহিংদা নুংঙিগী
কংলাদগী থোবকই নুপা অমা
মৈবা চুখৎলবি মখুৎমক্লা
থওইবিদ্রবা শহিদ মিনাব মখোঙদা।

অদুগা কৌবি —

"ইমাগী পাবী-ইমোমশা !
পম্বৌশিংগী মাব খোঙ্গল লীববো"।
খোঞ্জেনদুনা খোঙ্খাং ওন শন্দোকখ্রি
তাম্নাগী খোঞ্জেনগুম নুংশিনা

লৌবুক লমহাং

চীং-মান।

১/২/২০০০

## পামজদবা

নুপা নুপী হক মান্নবা
যেৎপা লৈতে ঐ কবিশু।
নুপীনসু খোঙ্গ্রাও শেংলে,
শাবে নুপানসু নুপী, ওহোক্লা মান্ন।
অদুবু তাল্লক্লবদি হক্কু ইমুংমক্তদা ঐগী
পামজদে ঐদি ওহোক্লা।

৫/৩/২০০০

# অতিথি

ইমা নঙদি
ফুগায়না শাৎপী থম্বালনি
চীংলোন মাপলনা লৈনা ওই
ঙাল্লি তোমথিন মালেমদা।
কবি বাৎলি ইমা !
শংবানগে ননীংনি,
ঙক্লানগে নখানি।
অদুবু ঙসিদি
নশক্লা লাং ওইরেদো
নশক্তা যেংগে লাকখিবা
অতিথিশিং
হল্লু অমতা যাদ্রেদো।
অনীদগী মরি
মরিদগী নিপাল
মপাল নাইদ্রে ঙসিদি।
করি ওইহৌবা তারে অদুদি
ইমা !

২০/৩/১৯৯৪

# ঙসিগী থেঙলবা অহিংসিদা

ঙসিগী থেঙলবা অহিংসিদা
তত্তনা তাবি নোংমৈ মখোল
খুলগী পন্দোলদগী তাবি
মৈবা পাযবীশিংগী খোঞ্জেন
কবিবু থোক্লবা অমুক
তাবি পোস্ট যৈবগী মখোল।
নীংশিংলকই মতমদুগী খোঞ্জেনদো
চৌকিদাবনা লাউবকপদো শাংনা –
"হযেং টিকা থাগনি, শল হিদাক কাপকনি,
লম্বী শেমগনি হযেংদি, মা তেকপা যাবোইকো।"
লুক্রাক খৃন্দুনা মৈ ভীক্লম্বশিং
নাবু থাঙ্গৎতুনা তানখি ঙহাক,
অঙাং কপ্পা তোকহনখি খুদক্তা
তুমিন লৈনখি মৈখু মবক্কী ইম্নুংসু।
তান্নসু তাখিবনি বাঁসগী মখোল
খুল লানখিবা পাখঙশিংগী সুব
ঙহাক লৈব খোংলকখি
ক্রোকলাউবী চেক্লাগী মখোনজেল।
খুনযাইমক্তদা, ইবুধৌ সোবাবেল লাইবুংদা
হৌবম্বনি চাউববা হৈবোং, লৈবম্বনি উমং
মালেম কোযবী চেক্লাদো, থুংলখিবনি মেবাদা
লৈচিনবু খেৎনা পাইবকখি, খোংন খোংন।
লাইন থাব চেক্লানি, পুংবা কাযদে কৈদৌনুং
লমথুংফমসু কাউজদে, তোংলখি হৈবোংথক।

মশা নাম্মনা থগাযনি, চাউবনিদা চেক্লাদো
চাউব উশা থেক্লগা, মকোন তন্ন শেম্বনি।
অশেং-অমাং খাযবীনি, কাকযেল মচৎ লৌজদে
লোক্তাক ঈশা মাপলদা চাক্তাজবী চেক্লানি।
মখোঙ অনিনা মখূৎওই, পুখৎলকই ঙাজাওসু
কযাদ হবাউজবা মকাম কোল্লিবী অমোমদো।
যুথক খূদিং খোংবিনি, নোংমতবু কাযখিদে
শাংল মশানা উদা ফূ, তাক্লকইদো খোংলমদাই
উখিদবে চেক্লাদো, লাকখিদবা কুইবেদা
হৈবোংদুসু তুখবে, উমংদুসু মাঙখবে।
মচা অনীদগী হেন্দবী, অনীদুনা চাউবকাল
লমদা থাগী থাঁমৈদা পাইখিবনি মবমদম।
কবি মতৌনো ঙসিসিবু
অদুম তাবি নোংমৈ মখোল
মৈবা পাযবী পলেমশিং
পোস্ট খীংবা হেল্লক্লে।
কদায চৎখ্রে শান্তি মতমদুদা লৈবম্বা
হূবানবদনি কিনবম্বা, নোংমৈদি কাপখিদে।
বোংবু চত্তুনা ঙাকখিবনি নুপানা
ঙসিনা নুপাবু নুপীনা ঙাক্লবা।
নোংযাই ইতুফাও লৌযৈবা, থাবলদা যৌহোনবা
হৈথা-পোত্থাবু চাবগা, চেঞ্জোংবু তান্নবা
নোংঙাল্লমদাইফাও নিংঙোলশিংগী ফৌশুখোল
নুংশির্বনি কোম্বাং মখোল, খুলং ঈশৈনা কযামা।
কদায চৎখ্রে শান্তি, মতমদুদা লৈবম্বা
মিহুল চেনগুম চেনগানা, হিংব তাবিব্রা অসুম ?
কদায চৎখ্রে শান্তি, মতমদুদা লৈবম্বা
মিহুল চেনগুম চেনগানা, হিংবা তাবিব্রা অসুম ?

২/২/২০০০

## থাজবা

পামদবা মাবু পান্নকপা
হৌনদবা নত্তে, থাজবকপদগীনি।
নুংশিদবা মাবু নুংশিবকপা
ওইবা যাই মদুসু, থাজবকপদগীনি।
থাজদববু থাজবকপসু ঙক্তে
চিংনবা অদু কোকপননি।
থাজবা মাঙখ্রবা মফমদদি
কোক্লবোই কৈদৌনুং চিংনবা।
থাজববু লৈত্রবা, চিংনবসু কোক্রুবা
মাঙখিনি মদোম অপাম্বসু নুংশিবসু।
অদুননি লমদমসিনা
থাজবা ইঙম ঙমদ্রিবসি মখোয়বু।

৩/৪/১৯৯৮

## লায়না অমা

কুইবে লাযনা অমনা
লৈবক্লিবা থম্মোযনুংসিদা
থাজদ্রে মসি কোক্কনি হাযবা
মৈতালনা ৱাখৈদ্রিফাওবদি ।
কাযনবে মসিনা মরুপ কযা
তাহল্লে ঐবু ইদোম তবক
থাজগন্দবা হাযবসিনা লৈবকতৈঙদগী
চেৎনা ঐগী থম্মোয লকানুং ।
তৌবদি তশ্বিখিবনি ইতিহাসনা
থাজহনবনি ঐবু তশেংনা
জুলিযস সিজব শিখিবনি
মরুপ ব্রুটস থাজরুবদগী ।
পোনখিবনি ঈবৈবাকসি মীথা
ললোনবা কাঙবু থাজরুবদগী
অদুননি মরুপ নঙবু ঐনা
থাজবা ইঙম ঙমদ্রিবসি ঙসিফাও ।

৪/২/২০০০

## ঐগী আশা

নোং যুবনা অহিং কযা
লেনখি ফমদুনা ফমুংথক্তা
অদুবু আশাদি মাঙখিদে।

চেঙ খুযা অমতং ফংদবদগী
নোবাবনা চবা নোংখন্নখি নোংমনা
অদুবু আশাদি কাযখিদে।

লাইবিক লৈবা ঙমদবদগী নোংমসু
চম্প্রা যোনখি ইমানা ঐগীদমক
মদুসু আশা কযাগী মকমদনি।

অৱাৎপনা থল্লবা ঐগী পুন্সি
আশাদি পীক থর্নাখি মতমদুদা
তৌবিমখৈ ঙমগদবোই নীংখি,
খল্লিমখৈসু থুংগদবা মানখিবনি।

অদুবু কদায, নুমিৎ মশীং খুদিংগী
আশাগী মশীংসু হল্লখি অসুম
খবনা থুংঙি, খবনা মাঙখি থম্মোযনুংদা।

ঙসিদি খুৎ থেকপা যাবে, লৈত্রে।
খবদি লৈবি তুফক তুফাই চনবখৈ
ঐগী থম্মোয কাচিন অমদা।
লাম্ব ফংগদবা মাল্লম্বনি খুৎমক্লা
মঙদা পোৎ লাম্বগুম্লে ঙসিনা
ৱাখলগা হকচাংগা শম্লদবগুম্লে।

হিংজবকপনি ঐদি নঙদগী ৱাখল্দা
কদাযদা চৎখ্রে ঙসিদি নখোয পুম্নমক
অসুম্না মাঙব্রা হেক হেক
আশা কৌবা নঙবু।

২৪/২/২০০০

# নুংগী মূর্তি

নঙগী খোঙথাং মখোলদুনা
ঐগী হুল্লিবা মিহুন্নি,
ঈপোম নাইবিবা নঙগী খোঙচত্তুনা
ঐগী হকচাংগী ঈচেলনি,
যাম্ববিবা শন্নাংগী শহুমদুনা নঙগী
হোল্লিবা ঐগী স্বধর্মক্কি।

নঙগী মীনোক্তসু যাওবি ঐগী
নঙগী মিৎযেংদা ঐগী মীৎযেং
নঙগী যাব্রাদনা ঐগী পাউদম
কবিদা তোঙাল্লিবগে নঙ-ঐ
হকচাংসু থব্রাযসু অমতা ওইখ্রবদা।

পামজদে ঐ শমজিবৈ ওইবদি শম্বুলদুগী,
পামজদে ঐ নাচোমগুম লৈবসু নাপ্পদা,
লৈহনবীযু ঐবু লৈহাউদু ওইনা শাইনোনগী
উজনবা তত্তনা নঙগী মীনোক।

লোৎহনবীয়ু ঐবু থরক্তা লিক্লাংবু ওইনা
তাজনবা তত্তনা নঙগী থম্মোয় পাউদম।
কুপশিনখ্রবদা চৎনবীগী লৈচিন্না, মরোল মরোল
মঙলান্দ নত্তনা উররোই নঙবু কৈদৌনুং,
মালংদ নত্তনা পাউজেল্লুনি নঙবু কনাদা;
লাৎলগেকো মপোকসিমদি নঙবু থম্মোয়দা
কনা খঙদ, কনা উদ, য়েংজনবা থৱায়সিনা
নুংদ নুংগী মূর্তিবু ওইনা।
অদুনা
লৈয়ু নঙ অদুম, মূর্তিদা মূর্তি ওইনা,
নোক্ত নোকপিয়ু, ৱাদি ঙাঙবীগনু;
য়েংদ য়েংবিয়ু ঐবু, পিরাংদি শিঙ্থবীনু;
ঙম্লোই ঐ মিৎচানবা, চোৎল মিৎয়েংদুগা
ৱাশকখি ঐনা, শিঙ্থহল্লোই পিরাং কৈদৌনুং।
কপকনি ঐদি পেন্না, পোত্থাজনবা থৱাযসিনা।
লৈয়ু নঙদি অদুম মূর্তিদা মূর্তি ওইনা
মদুদনা য়াইফবা ওইবনি নঙ-ঐগী।
হোৎনদুনসু ফনা ঐনা মপোকসিদা
ঙম্নরোই হাপ্লম্বদি থৱায় নঙোন্দা।
চৎলগে ঐদি নঙগী মিৎযেং ৱাংমদা
কৌরে ঐবু তত্তনা —
মখোল খোক্তবা খোঞ্জেন অমনা
শিন্নরমগে থৱায়সিদংদি মঙোন্দা।
করিগুম্বা হল্লকপা থোক্লবা ঐনা
অঙৌবা ফিনা কুপ্লদুনা ইথক্তা
য়েংদ য়েংবিয়ু ঐবু, পিরাংদদি শিঙ্থবীগনু
নঙ লোন্নফাও
কায়দনবা ঐগী ৱাশক।

১৩/৩/২০০০

## তাম্না

কবি হাযনবু কৌসিগে ১
চেক্লাস্ নত্তে মহার্যনৈ
নশাদি মপাল্লি,
ভীননি হাযসি হাযবসু
চেক্লা'গুম মখোংঙি,
পামেন্দদা কাযদোংবী
নশক যেংঙে উদবী,
তমদা কৃষ্ণসু হৈতবী
লোইবীদদা চাক্তাবী,
পোন্দা যোকপসু যাদবী
পোশ্বীগুম পৃংবা শুদবী;
শুমহৎযাই পুবী নখোঞ্জেন

কুচবু যেংঙে শংবানবী;
চেক্লা কৌসি কৌঙমদ্রে
নখোলনদি শক্তাক্লে
তাম্না হাযনবু মিঙ্গৌবী।
কৈদৌবগে নহাকপু
হোংঙু অমুক্তদি খোঞ্জেনদো
থাংঙু যাদ্রে ইখোঙসে
তাম, তাম, হাযবদু তাবগা
পুবা মঙমদ্রে থম্মোযসে।
লেপহল্লনু ঐগী খোঙথাংসে
নীংশিংহন্দুনা ঐবু তামহৌববশিং
লাক্লবনি ঐদি খোঙচৎ অমগীদমক।
কোবৌসিনা মমদ্রিঙৈ
লানখ্রগে নঙগী চাংলোনসে,
শিন্নবন্নিনি থম্মোযনুংগী ব্রা
চাইথাখ্রবা ঈশিংচাইবীসিদা
কপ্লমখিসনু মাসু পিবাংসিনা লোইদ্রিখে।
লাকখিনি ঐগুম্না কযা
মৈগী চিংবু অমনম ওইনা,
থক্লখিনি থম্মোযবু পেন্না
শিম্থবা ইমাগী পিবাংসে।
মতমদুদা তাম্না নঙনা
লম্নীদি তাক্লকউ
খোঙথাংদি লেপহনগনু,
পাঙ্গলদি হাপলকউ
পিবাংদি শিন্থহনগনু অমুক;
মতমসি থীল্লবনি
নত্রে তাঞ্জা, লৈথোকপগী কপ্পুনা।

১৫/৩/২০০০

## হে মী !

হে মী !
নঙ লাইনি, লৈত্রে নঙনা ঙমদবা,
লানব লৈববোই, নঙ লাইগী মর্মিনি।
লাইগী খুৎশেম, থিবি নঙনা শেগাযদুনা
কবিদি ৱাৎলি, থৱায মঙাইবে শেমঙমিদ্রবা।
অদুবু হে মী !
পাকখ্রবা অতিযা, ওনবা ঙমলে নঙনা,
ওঞ্জবদি ঙমদ্রি, নশাগী পুক্লিং অতিযাবুদি;
কৃমুবসু ঙমলে, নঙনা লুখ্রবা সমুদ্রসু

ঙমদ্রি কূন্নুবদি, খম থেংনা নঙনা
নশাগী থম্মোয় ঈরোন্নুংবুদি।
অদুনসু লোইদ্রি
নঙনা থিরি হৌরকফম
মৈগী, ঈশিংগী, নুংশিৎকী
অদুবু খঙজদে নঙনা —
পুন্নমক্তুদি লৈরে নশাদা।
নঙগী লকানুংদগী হৌরকপা মৈ
কৈদৌরুনি লমজাউখোনবা লম্মৈনা,
নঙগী মিৎলুদগী শিন্থরকপা লাইজসু
কৈদৌরুনি হৈথরক্লিবা নোংজুনা;
নঙগী ৱাখলনুংগী নোংলৈ-নুংশিৎসু
হেল্লি লৈকংলাগী নুংশিৎ লখাদগী।
অদুনবু
হে মীওইবা !
নঙোন্দগী থোরকপা অশাউবগী মৈরী
মুৎপা ঙম্বগে করিনা
থিংবা ঙম্বগে কনানা
পিরাংনা নত্তনা নঙগী মিৎলুগী।
অদুনদি
হে লাইবুওইবা !
মালেমসিদা চাকলিবা শাউনবগী মৈ
মুৎকদবা নত্তে কনানসু
ওইরম্লে মুৎকদবা নঙতনা।
মহাপ্রলয়না লাক্লিক্লিঙৈ
মুৎলু মৈসে
নঙবু
হে মীওইবা।

২/৪/২০০০

## শা ওনবা মিংকুপ্পা

পঞ্চভূতনা শাব হকচাংবু
থব্রাযনা কযা নুংশিজবা
কাযনবমদাই মিংকুপ্পা খঙডি।
মশক নাইদবা থব্রায মঙাবুসু
মৈনা চাকথ্রগদবা হকচাং মানা
কযাগী মতীক পাম্মুজবা
খঙডি অবোইবা শ্ববনা হোল্লকপদা।

অযুক অমা
হিবোসিমাদা
নোংমনা নাগাসাকিদা
হকচাংদ নত্তে, থৱাযসু মশীংনাইদনা,
থৱাযদ নত্তে, হকচাংসু মপৈ মপৈ
পূংমুৎ মূৎখি মিৎকুপ্তা
কাযনবফাও নংদনা
অবোইবা শ্ববফাও হোল্লমদনা।
ফুবা দলান, যুগ কযাগী সভ্যতা
পুম্নমক মাঙখি উৎ ওন্দুনা
লৈবম্নগী মমিফাও থনমদনা,
ৱাখলগা থম্মোযগা কাযনবকাল
মীনা শা ওল্লকপা মিৎকপ্তুদা।
অদুদগী
অমুক
উৎ মপৈগী মথক্তদা
শেমগৎলি খূৎ চঙনা, শান্তিগী লৈকোল
চাইবি ঈশিং পি মবীক মবাক্লা
অনুতাপকী মৈচাক কোকচনবা
মীনা মী অমুক ওল্লক্লবদা।
অদুমক্তবু
হৌজিকসু
নোংমনা শা ওন
নোংমনা মী অমুক ওন
পৈখৎলি চীংমুক ৱাংনা, মহাপ্রলযগী খুৎলাইশিং
তূম্লি নীংঙাইদনা, মৈনা চূববা বোম মথক্তা
খল্লুবদা তু চুংঙি, কবি ওইবগদবা
মীনা শা অমুক ওল্লকপা মিৎকুপ্তা।

৬/৬/১৯৯৯

## মকু মঙ

লমদুদা
অঙানবদা মমিৎ উদবা
অমম্নদা চাক্তাবা মযাম অমা
শেৎ শেৎ চানৈ, অঙম অঙম্বা।
অযুক নুংথিলদনা
তৃম্নি নাখোক্তুনা উদবমখে
অরা-অনা মীযামগী।
উপায লৈত্রবা মীযামদুনা
যৈবী পৃং-ঝাল শেগাইবখে
হৌদোকপা হোৎনবি কুম্ভকর্নশিং।

মঙলৈবাক্তুদা
শাৎলি ফৃগাযনা লৈবাং কযা,
পাম্লি চৃম্না উহৈ কযা
কেল্লক্তে অদুবু লৈখাদা অমতা।
যেংখৎলি খৌবাংবা থবাযশিংদুনা

ফংলরোই খঙন-খঙনা
লৈরাংসু উঁহৈসু।

অঙাংমখৈনা লৈতৌরী অহিং-নুংথিল
লৈচীল পক্লা ৱাংলবা,
লৈরাংদি শাৎখিদ্রবা
উঁহৈসু পানখিদ্রবা
পামেলদুগী মখোঙদা লাইওইরবা।
থনম্মী হায় মনি-মুক্তা ফুন্নদুনা
তুংলমচৎ খঙবা মপা-মপূনা,
অদু মঙাইরে মখোয়গী আশা,
মদু মাঙাইবে মখোয়না পামজরিবা
ফংবা কৌবদি মরৈত্রে।

মঙলৈবাক্তুদা
তৌকবা পূম্বা মঙ ওল্লে
ভূমদনা মঙ মঙবা তাই,
মঙদসু মঙ,
মঙফাওনবোইদবা মঙ;
মঙলান পূন্নমক মীয়ামগী
মাঙখ্রে মকু মঙ ওইনা।

অদুবু
হনবা লৈতে, তোকপা লৈতে,
লৈতৌরি অঙাংশিংদুদি
উপালদুগী মখোঙদা লাইওইরবা,
থিরি মনি-মুক্তা য়াইওইবা
থনম্মী হায় ফুন্নদুনা
তুংগী ৱা খঙবা মপা-মপূনা
য়াম্না চেকশিন্না।

৬/৪/২০০০

## ঐবু করি হায়য়ুগে ?

মাযথীবা !
ঐবু মাযথীবা !!
ঐ মদু যাবা ঙল্লোই
ঐ মাযথীদ্রি
নঙনা খঙদে
নঙ ঐগী মিৎযেং তোঙাল্লি
শিবিবনি ঐ লাম্ছেংনবগা,

লোইশিল্লমদ্রবা লানফমদুদা
মাযথীবে হাযবদি ঐ ঙন্নোই ।
ঐঙোন্দদি
শিবনা লানগী পংখৈ নত্তে,
ঐনা শিবদা যাওবি ঐগী মাযপাকপা;
ঐনা শিবদা শেল্লল্লবনি লম্বেল অমদি
চৎচনবা মবৈবাক নুংশিবা কযানা
লৈবাংশিং চাইথবদুনা মথক্তা ।
উবেদনা
শিছুবিবা পি মযামসে ঐগীদমক
নঙনদি উবমগনি পিবাং ওইনা
খঙদে নঙ, মসি নুংশি ঈফুৎনি ।
নুংশিববু মাযথীবা ওইববা,
ববু শাপ ওইনা লৌববা
অদুদি লৈত্রে, নঙ মুক তোনবা ।
নঙগী মাযপাকপা হাযববু
নঙনা মেনশিনখ্রে ইচিনসি লাউদনবা,
নঙনা থুপচিনবীবে ঐগী পৃন্সি বাবীদি ।
ঐনদি হাযনিংঙি
খোঞ্জেনদুদি অবাযবনি লাউবিবা
লুবিবদি যেকখ্রিবদুনি থম্মোযশিংদা
ফুমখ্রিবা খোঞ্জেনদুনি কিগদবদি ।
অদুফাও খঙজদ্রবা নঙনা
নোক্লি খাক্লা, মায পাক্লে হাযনা
হংলি নখা চীক্লা, ঐগী অপাম্বা
খুমগনি ঐ কবিবু হাযনা,
ঐবু কবি হাযযুগে
মতমসিদা ?
৮/৪/২০০০

## কার্গিল চীংথক্তা

কুইদ্রি

লৈমিন্নবম্বনি ইমুং অমতদা
নখোয় ঐখোয়
ঙবাংদনি চামীন-থকমীন্নবম্বা।
কাউবববা ?
কালেনগী নুংশা খাঙমিন্নবম্বা
নীম পাম্বী অমতগী মখাদা পূন্না।
অদুগা ঙসিনা
কবিসু নত্তবা ব্রাফম অমগীদমক,
পিকথ্রবা লম মচেৎ অমগীদমক
ওইবে নখোয, ঐখোযগী যেক্লবা।
তাবী নখোয়গী অশাওবগী ব্রাহৈ
সিন্ধু তুবেলগী ব্রাংমা লান্না,
উবি নখোয়গী অখাবা মিৎযেং
কার্গিলগী চীংদোন অসিদগী।
ব্রাফম অমদি
নখোযগুম খনবা ঙমদে ঐখোয়দি,
ঙন্নোই অশাওবা উৎপসু নখোয়দা
মদুননি নখোয়নদা খুৎলাই হাল্লিবা
খাঙলিবনি শিবা য়াবা শিরবসু
পাম্লুবনা নুংশিনবা নখোয ঐখোয়।
তারিব্রা নখোয়বু
মতম অমগীনা ইমুং মনুং

ঙসিগীনা ঐখোযগী যুম্লোম্নবা,
ঙবাংগীনা ইচিল-ইনাও
ঙসিগীনা কৌনদ্রবা মকপ।
কবি মতৌনো
নুংশিবগী লমনবু চৈনানা শিংলবা,
থাজকুবগী মমল চাযনপূংনা ওইববা;
ঐখোযনা হাৎলগা নখোযনা শহিদ;
নখোযনা হাৎলগনা ঐখোযনা বীবচক্র
ঊফূল মবীক পক্রবা উনগী ঈচেলসে
ঈদনা মচু শঙলে ঙসিদি।

খল্লু নখোযসু

লোইনাইদ্রবা লানসিগী ৰাংমদা কবি,
মহাপ্রলযগী মহুত্তা কবিদি লৈবি;
নখোযগীনা সিন্ধু, ঐখোযগীনা গঙ্গা, যমুনা
কদাযদগী হৌবকই, কদাযদা তাকবি।
নখোযগীনা সাগব, ঐখোযগীনা মহাসাগব
কবি অমনা খল্লিবা মবক্তা।

কান্নদে অদুনা

কাগিল চীংথক্তা ঙাইবমগে
লোন্না লাক্কনু, যোংনা কাবকউ,
অশংবা উনা পাগবকউ নোংমৈগী মহুত্তা;
ঐখোযসু লৈবাং ওইনা পাযবমগে।
নুংজাও মথত্তা যম্মিন্না,
অইংবা নুংশিৎ মাযোক্লা
যেংথমিন্নসি অমুক্তংদি
নখোয ঐখোযগী লমদমসে

কবিদবু যেৎনবি।

খম্থমিন্নসি অমুক্তং

চুন্নিববা নখোয ঐখোযবু ?

৭/৬/১৯৯৯

## হে নুপী !

তারিব্রা চান্নবী !
লেপ্পু ঙসিদি অচিকপসিদা
ইকায়নগুমসি,
ঐনা হায়বদা য়াবিয়ু নঙনা
য়েংগদৌরিবনি পেন্না অমুক্তং
মকা ফোংলিবা নঙগী মূর্তি
য়েংনিংবা মওংদা।
কামগী থোইনশিনদি নত্তে
শোক্লোই নশা ফাওবা,
য়েংনিংবদুনি কযাম ফজৈ
নুপী হাযবা নখোয়সে
কুইববনি নীংজবকপা ঐনা।
তাবেদনা —
কয়াদি যামখ্রে, নখোয়বু হাযবিব
অফবা কয়া, ফত্তবা কযা
বর কয়া, শাপ কয়া
থাগৎপনা কয়ামা
শীথবনসু কোঙ্গায় অমা।

বেদনা হায়:
নুপীদি প্রকৃতিমক্লি
প্রকৃতি য়াওদনা অরেম্বনি পুরুষ
শেমলিবনি মহাক্লা অচৎ-চত্তা।

অমুকসু হাযবি :
নুপীদি মালেমগী মশক্লি
পুন্নমক্কী মমা,
ইপানা নোংমদোন্নি
মক্ষ হুনবিবিবা,
জগৎ হায়বদুদি কবম্না শেমগনি
নুপী যাওদনা।
বাইবলদসু ইবি:
অদামদগী ইভ পুথোকখি
মীওইবা শেন্নক্লবা মথঙ মথঙ
ঈডেন গার্ডেনগী মনুংদা।
অদুনা
হে নুপী ! নঙ যাওদনা
কবিশু ওইথোক্রে তাইবঙসিদা।
অমুকসু
নগুণবু শৈথাবী যুগ খুদিং
নুপীদি গুণ অহুম্না তিনবীনি
সত, রজ, তম, অমত্তা ৰাক্তবিনি
অদুনা ফংঙি
নখোযদা লৌশিংগী মঙাল
অমুকসু ফংঙি নখোযদা
নূংদগী হেনবা থম্মোয,
মনূংদনা লৈনাদগী হেন্না থোৎপা
মমতা
মমা ওইবিগী থম্মোয
প্রেমতনা থল্লবা।
মদুমক্তনা
মমা ওইবা ঙমখি মচা চান্মগী
গন্ধাবীনা,
হূইক্রু শিৎলগা যোকচখি মচাশিং
কুন্তিসু।

মদুনসু লোইদ্রি:
নুপীদি নুংশিবগী শাযোন্নি,
প্রেম মূর্ত্তি
মদুমক্তনা থোবকখি সতী কযা-
সিতা, সাবিত্রী, কুন্তি, গন্ধাবী,
যমবাজমক মাযথীখি সাবিত্রীগী মফমদা,
ফংখি কৃষ্ণসু সতীগী শাপ, গন্ধাবীদগী
মৃৎখি যদু শাগৈ
ঙমখিদে কৃষ্ণমক্লা কনবা।
অদুবু
কলিদদি কমদৌবি-
হে নুপী!
শাপ ফংবগুম তৌবে নহাক,
পাপ তবেৎ তিল্লগা পোকপমক্নি।
নঙগী শাপতা উৎ ওনদ্রে কনাসু
মুনবিথ্রে তিংচা যাইতর্ম্বশিংনা
নঙগী শাপকী শক্তি পৃস্না।
কাউববা নখোযবু '
কলিদদি কান্নবোই শাপ তৌবনা,
কলিদদি সতী ওইবদনা যাববোই
শীংনবা তাই, দুর্গাগুম নথৌনা লৈনা
অদুগা লেপ্পু নবায হাইগৎনা।
মবমদি, মতর্মাসিদদি
ইজৎ মাঙলফাউ, নখৌবি মেৎলফাই
কনাদি লৈবি
চোংথোকপিবক্লবা নখোযগীদমক।
খঙলেদনা, হে নুপী!
নঙ মী ওইবক্রে,
লননি হাযবীবে
পীনিংবা মীদা পীথোক্লে,

হৈ-লৈগুম খনবীবে নঙবু।
মহৌশাগী খল কাযবে, নুপাগী মখা থাবে,
নঙ মেচিন ওইবে
শুপ্নদংগী যাথং ইন্নবা, নুপাগী।
পোৎলুম্মা নথক্তা
নচা যোকপা নবান্নং
পেলহন্দবসু যাদ্রি নুপাবু
নত্রা ?
অদুবু বেদনদি লাউবি:
"নুপীনা মমিত্তগী মপি তাববা লৈবাক
লৈহৈদ্রবা লমনি, থাদোক্কুনা চৎলু"
থিসি ঙসি
মৈ চন্নদুনা মালেমসিদা
লৈবিব্রা অমতং, পিবু তাদবা লম
ফংলবোই
কদাযদসু যংলবোই
ইমুং অমতসু, লৈবাক অমতসু।
পিদি লাযবু লাযবি
আত্মাঘাটনি থেংনবিবা
খাঙবা ঙমদবদগী মীওৎ-মীনৈ,
আত্মাঘাটনসু লোইদ্রি
হাত্তোকপিবে নুংশি হৈত্তনা
ইজৎ মাঙহনবিববা মতুং।
অদুনা হে নুপী!
কবম্মা মাঙখিবা নখোযগী শক্তি
কবম্মা মাঙখিবা নখোযগী হক
তাল্লিববা অদুনা ইনৌ নৌনা
নখোযগী হক
নুপীগী হক, কনাদগী, কৈদৌবগী ?

ঙসিদি অদুনা চান্নবী !
ঐনা হায়বা য়াবিয়ু নঙনা
মাঙদ অদুম লেপ্লীয়ু
মূর্ত্তিবু ওইনা
য়েংলগে ইমিৎসিনা পেন্না
কযাম ফজৈ হায়বদো নখোয়সে।
মিৎচানসি অমুক্তা ঐগা
যেংজগে মিৎ নহাদু ফাওনা
আঃ লুথনা, থম্মোয়দু যৌনা।
খঙঙে, উবে,
ব্রাৎলি শৈথাগদবা কযা অমা-
নুপী হাযবা নখোযসে
হকচাংগী পাঙ্গলদনি ব্রাৎলিবা
পূন্নমক লৈবে নখোযদা
মঙালসু, অমম্বদুসু,
নঙদি লাইবেন্বীনি,
মাযাবীনি অমুকসু নহাক
শুমহৎলবদা নঙগী শুমহৎযাইনা
কনানো শাঙগদবা নমাঙদা।
অদুবু হে নুপী !
হে মনমোহীনি !
তাবিয়ু ব্রাফমসিমতং
লোত্তুনা থম্বিয়ু অদুম নথম্মোযদা
নঙগী শুমহৎযাই পূম্বদু
শিজিন্নবিযু তঙাইফদ্রবা মতমদতা।
মমাদ মমা ওইবিযু মতমপূম্বদা
মালেমসিদংদি
অহীংবা হাযবদু ওইহৌনবা
নপান্দগী।

২।৫।২০০০

কবি নীলকান্তনা লৈখিদবদা

ঙসিদি
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্নুং
যাহৌ থেঙবা লৈ-লাংব ওই
মাঙখিবা তাবে মতাগুম
অচাইবা লৈ পূন্নমক
অমমমতা খুনগৎলগা

যেন্দাই থন্না কৎচবন্বা

মহাক্তো

লৈত্রে ইমা !
নচা নীলকান্তদু লৈখিদ্রে ।
খঙঙি, ইমা নঙনা কপ্লিবদু
কপ্লিবনি ঐসু থম্মোযহীক্লা
অতাঙবনি মাদি নচাবক্তা
নঙদগী খঞ্জবদা মিৎকুপ খুদিং
ফন্নে ব্রাখন্নি, থাখিদবনি কলম
চৎলে কমজাও হুন,
মিৎযেংনা ব্রাংলপ
তান্নমক্তবু যেং
থিবম্বনি ইমা নঙবু
মীবক্তা, শবক্তা, মীফমদা ।
কযাদি বার্জখিবা মানা
ইমা নঙগীদমক
লৈখিদে যৌদবা,
উৎখিবনি যেংনিংবা পূম্নদা
মীনা খঙবিদ্রবা নঙগী নবল
ফাক্লদুনা তাবৃ খূদিং ।
মানা চৎথ্রবসিদাদ—
কপালি মাগী
নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখিসু ।
ইমা ! ঐখোযদি
চৎখিবোই নীংলুবনি মহাক্তো
মশানৌ মনোবমা পুবদুনা
লোন্না চীক্লা অহিংদা,
কল্লবা নোংলৈ-নুংশিৎ মবক্তা,
অবাং কৌব্রু চীংদোন্দা

লৈকনবা মখোযনীদা
উনাগী খাংপোক মনূংদা।
নংলমদ্রে ইমা !
মহাক্তি
মঙালবু থিবা ওইবন্নে —
সমুদ্র ঈবাংম লান্ন,
নোংচুপ খম থেংন
পতাননি হাযবা যাববা
অমেবিকা হাযবা লমদুদা।
থেংনবকই হায মানা
অহিং-নুংথিল ওন্নবা
ঐখোযনা তূম্বা
মখোযনা হৌগৎপা।
শকখঙগে লাক্লকই লমদুবু
মাগী শামজিল্লকবা মিৎফম্না
নঙগী সংস্কৃতিবু নম্বো পোদুনা।
ঙহাকসু পোথাকই মানা
পেনসিলভানিযাগী পাৎযাদা
মিৎচানকই চিক্লা মদোম
তাবমদাইগী নুমিৎতুগা চীংযাদুদা।
কাউববা ইমা !
খুদোল তমলখিবদাই মানা
হল্লকলগা
নঙনা ওম্বোক্লা পামজবা
ঈশৈ শৈশক অমখক,
"ব্লুজ" হাযনবু খঙনবা
অমুবা জাতিগী খুনুং ঈশৈদু।
পেনবিযুকো ইমা মদুনা
নুংশিবা নচানা কংলম্বনি।

ও ! ইমা !
মণিপুর,
ঙসিদি নচাদো লৈত্রে,
নচাদো চৎখ্রে
কনানা লাউবিগনি —
"কদোমদনো লমবেলসিবু
লমথুংফমগা লম্বীগা শম্নদবা
ফিদমদগী মীশক্লা লুবা ।"
হায়রম্বনি মানদি —
থিরকথিনি নচাশিংনা
নীংশিংলক্লবদা ইমা নঙবু
"অনুতাপ্না চাক্লবা দুষ্যন্তগুম
নীংশিং খুদোপত্তু থেংনবদা"
মতমদুদা
ইমা নঙনা কদাযদা
নঙবুদনি ইমা, মানা থিবম্না ।
অদুবু ইমা !
চৎখ্রে হন্দাক্তি
অরোইবা ওইনা চৎখ্রে ।
লাক্লরোই অমুক
চৎখ্রবনি মাদি
মানা পামজবা মঙালগী লমদুদা
তীর্থ যাত্রীক ওইনা
নীংঙমহৌদে ইমা
খজিক্তং ঙনমল্লি ।
করিদি উপায় লৈরি
চৎকদৌরিবা ঙাক্লি ঐখোয়সু
মাগী মাগী মতমদু লাকপদা ।

১২/২/২০০০

## সনামচাশিং

মাঙদ মউবা, তুংদি উদবা
ঙসিগীদা মখনবা
হযেংবুদি কাউথোকপা
মশাদি নানবা
মতৌদি লৈবা
থাগৎলগা হবাউবা
মশাগী হাযব খাকহৌদবা
সনালৈবাক্কী
সনামচাশিং !
ঙসিদি
হুবান মতুং মৈবীংলি
খোংলি চবাম্নববা নোংশাগুম

শারংদুগী মনুংদা
চিকখায়রি য়োৎকী পৌরোল
ঈখেং তাবখৈ য়ারী-য়াখোঙ ।
য়েংলি নোক্লদুনা
হুরানবা খুৎপুদুনা
হূবা য়াবখৈ হূদোক্লগা
থেল্লি নোংশাশিংদুবু,
সনা লৈবাক্কী
সনা মচাশিংদুবু
শদুম মচেৎ মচেৎ পীজরদুনা,
খঙঙি মখোয়না
লোনথ্রবনি পৌরোন্দি মতম পূম্বগী ।

হৌজিক্তি

পীজবা হৌরে অমুক
শাদোং শাদোংদু ওইনা
নোংশা মচা মচাশিংগী
তুমজখিনবা অমমমতা ওইনা
শারংদুগী মনুংদা অদুম
শারংদুগী মনুংদা অদুম ।

হন্দক্তি

নোংশা মচাশিং শিংলে
তূমশিন্নবে, শিজিন্নরে
ঙাইহরি চংলকপা হূরানবদু
য়োৎকী পৌরোল হাংলদুনা
থেংনগদৌরি শোয়দনা
শিবা চংবগী লানফম
নত্রবদি
মুৎখিগদৌরি
মখোয় পূম্বা শারংদুদা ।

১০।৫।২০০০

**শকখঙদবীদু**

শকখঙদবীদো লৈবমখিগদ্রা
হোটেলদুদা ঙানথোইবদুনা
মোমোন মীনোক্কা লোযননা ?

গৌহাটি মেডিকেল কলেজ মথাদুদা
মাননি ঐবু নোকহনখিবা
মিৎকুপ'মতং ওইববসু,
শিবা-চঙবা খঙদ্রবা অনাবগী
ম্রাখলদা উংলিবা ঐবু ।
কুইবে
ফনা কুইবে
কাউবদি মঙমদ্রে নীংথিবীদু,
লৈবমখিগদ্রা মহাক্তুবু, উনিংলকই –
বাশি লৈবিদো, নোকপনা মগুন হাপ্পিদো,
সেবা ফজবীদো, নোক্ত্রদি বা ঙাঙদবীদো
চৎলগেযাও হাযবমদ্রে
কাযনবা নুমিত্তদা ।
নোংমা
পাউখোঙ চলহৌই নানা
আসামী পাখঙ শবদা
"ঘব আসে, মানু নাই,
নদি আসে, পানা নাই ।"
যুমদি লৈবে, মীদি মবৈতে,
তুবেলদি লৈবে, ঈশিংদি মবৈতে ।
কবি যুমনো ' কবি ঈচেলনো '
মকোক পাযহৌই পাখঙশিংদু
ঐদি খঙজি, যোঙগে তৌকবনি
মিৎচি খৎলকই, যোঙলক্কনু হাযহৌই ।
ঐদি অদুম লাক্লে
মমিৎ ফল্লপ যেংহৌই
ফোঙলন্নগদ্রা পাউখোঙদুবু ।

ঙসিসু

খল্লি, খঙনিং নীংশিংলকই
শকখঙদবীদুবু লৈবমখিগদ্রা ?
পাউখোঙদুবু ফোঙলম্লগদ্রা ?
লমদম তামহৌববী !
নঙোন্দা ফোঙলমদ্রবা পাউখোঙ
ফোঙলগেকো ঙসিদি ইদোম —
"যুমদি লৈবে, মীদি মবৈতে,
কবি যুম্বু ওইগনি, থম্মোয লাইযুমনি।
ভুবেলদি লৈবে, লাইজদি মবৈতে,
কবি ভুবেলবু, কবি ঈচেলবু ওইগনি
নুংশি ঈচেলনি।"
অদুবু মিবেল নঙনা লৈঙমদবা
নঙগী থম্মোয মন্দিবদুদা
কনাগী মিবেলবু লাৎলিবা
হংলমদ্রে শকখঙদবী নঙোন্দা।
লাইজ মবীক অমা যাওদ্রবা
নঙগী নুংশি ঈচেলদুদা
নৌবেল খুত্তা পাযবিবদুনা কনা
খঙনিংলকই ঙসিদা ঐনা
শকখঙদবী নঙোন্দগী।

তামখ্রে

ফোঙলম্বা থোক্লবা নুমিত্তুদা
কযাদা পেঞ্জগবা ঐনা
নোকমিন্নবমগনি মিৎকুপ 'মতসু
ঐখোয অনী।
উগনি থাজদ্রে,
নোংমগী, তাঞ্জা অমগী
মকপতো।

১৬/৫/২০০০

## মিস য়ুনিভর্স

এফ্রোডাইট।
হে ! ফজবগী মবেম্মা,
ও ! নুংশিবগী লাইবেম্বী,
নঙ শার্উনিংদ্রা ?
নঙ নোকনিংদ্রা ?

নঙ কপ্পিংদ্রা ?
নঙ কবি ফাওই
নঙ ঝা ঙাঙউ
নঙ তুমিন্না লৈবনু ।
সাইপ্রসতা পোকপীনি নঙ
অদুবু জগৎনা লাৎচবি
শকহেনবী, ফজবীনি হাযনা ।

ফম্বাক্তুদা

নঙগী খুৎ যাওদ্রবা মূর্তি,
নমাংদনা কবেম্নবি নঙবু,
অমুবী, অঙৌবী, কুলৈ কুচু কযানা
উৎনবি মাগী মাগী লৈজবী
মুনগদবগী নঙগী ফমথোন ।
হাযযু অদুনা এফ্রোডাইট !
মুশুক মুবী শকথীবী লৈশাবীদুনা
চূং-ফিবান খজিক্তং চাবগীদমক
পাউখুম অমতং ফজবগীদমক
মিস য়ুনিভর্স ফংখিবদা
নঙ শাউনিংলোইদ্রা ?

অমুক্রা

চুজাক মশম্না লৈতেংবী —
চৎপদা ঈথক হৌবিবি
মফি মথোঙ খঙদবীদুনা
হকচাং কযাৎ উৎপগীদমক
মঙক খজিক্তং শাংবগীদমক
লমচৎ হাযবদু ঘ্নেংদনা
নঙোন্দগী লুহুপ মুনখিবদা
হাযযু এফ্রোডাইট !

নঙ কপনিংলোইদ্রা ?

উবেদনা

থম্মোযগী মশক য়েংদনা
নুংগী গুনবু খঙদনা
ৱাহং খবদা, শাথেক খবদা
নঙগী ফংবদা ৱাববা
নঙগী কোক্কী লৈতেংবু
ইবাই লাইনা পীথোকখিবা তাববা
কুলৈ কুচুগী মনাতোন তুমবিদুদা।
হাযযু এফ্রোডাইট !
নঙ মদু নোক্লিংলোইদ্রা ?

অদুনা

এফ্রোডাইট !
নঙ ৱা ঙাঙউ
নঙ তুমিন্না লৈবনু।
নঙদি জগৎকী ফজবীনি, নীংথিবীনি।
নঙদি মঙালগী মশক্লি
অমকপা অমতা লৈতবী
নুংস্ পানসু ফজবী।
ঐখোযনা নঙবু লাৎচবি,
ঐখোয নঙবু নুংশি।
শক্লা যাবোই নুপী খবখক্কী
পাউখুম্না যাবোই ৱাহং খবখক্কী
নঙদি নুপী পৃম্বগী মবেম্মানি।
পীথোকহনগনু নঙগী ফমথোন,
শিন্নখিনু নঙগী লুহুপ
অদুক লাযনা, অদুক তযাং তশোইনা।

১৮।৫।২০০০

## ব্রাহৈ অমতং

হে ! ঈশ্বব
নঙগী নফমদগী
চাবোল ভৌবগা নুংশিবিবসু পামজদ্রে,
লঙজখিবা ইবাল লৈবম্লবসু
পাবিযু অদৃম যংফম থোকপা দান্দ,
.লৌজগনি ঐ হবাউ হবাউনা
ভৌজকবা থবক্তুগী মহৈনি খন্না
হাযজববোই অমুক ঙাকপীনবা।
মবমাদ
ঙাকপীবা অম্নক লানবা লৈত্রে নফমদগী
ঙাকপীখিবা অবানবা মযামদুনা নঙগী
থল্লে ঙসিদি অবানবনা সংসাবসি
অচুম্বা হাযবদু উশিল্লক্ত্রে কদাযদসু
যুগ কযাদসু চুমথোকপা ঙল্লবোই নঙনা।
উবিবনি নঙদি
পুম্নমক




খঙজবমু কবি লৈবিবগে নঙনা
কনা উদ্রে খন্না থাংনবিবা খোঙথাং
মমি মচিগুম ইন্নবি নঙনদি।
কনাসু অদ্রে খঙবা চীবোলশিং
নুংশিৎনদি পুখি অদুম লোন্না।

মথঙগী
মপোক অমগীদমক
তৌশিন্নবসু নত্তে নঙগী থৌজালগীদমক,
ঐসু চুম্মী হাযবদি ঙল্লোই খক
কবিশু মিহৌজদ্রে মপোক অমমুক
কবিবু হেল্লমগনি হন্দক মপোক্তগী
নঙগী অপাম্বা তৌঙমদ্রবদা অমতসু।

হোল্লি
ঐগী পুন্সিগী হি
নঙগী মপান নাইদ্রবা ঈপাক্তু তম্না,
লাল্লদুনা তৌবে কযা, ঈবৈ কযা,
মেল্ল মেল্লদুনা যুবক্লবা হিসে।
হিংনবদা হোৎনর্বিঙৈ, কবিশু হাপ্লক্তে
হোবেল হযেং নাইর্বিঙৈ, মতমদি হৌবল্লে।

অদুনা হাযজবা তাববা
ৱাহৈ অমতং
নঙগী ঈপাক তন্নকপসিদদি
পুন্সিসে ঈথক হৌহনবীবনু,
মতমসিগী মৈশা মবকসিদা
শান্তি ওইনদা লৈহনবীযু থম্মোযসে;
লানহনবীযু ঈপাকসিদদি নঙগী
কল্লক মিহৌ
অমতা
যাওদনা।

১১/৪/২০০০

## রাইতর্স ক্লবকি ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং !

১ । চহি কয়াগী মমাঙদগী (শৈবেং) ১৯৯৬, চীংশুবা শামু

২ । কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং) ১৯৯৭, খাইদেম তোম্বা

৩ । সুবগী লৈবাক্তা নোংমা (ৱারী মচা) ১৯৯৭, কুঞ্জো নিংঙোম্বা

৪ । এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈবেং কলা) ১৯৯৭, বি,এস, রাজকুমার

৫ । নোং নঙসু চুবখো (শৈবেং) ১৯৯৮, ধজমনি খোইনাইজম

৬ । হনুবীদি হিংহৌরি (ৱারীমচা) ১৯৯৮, ইবোপিসক নোংথোম্ব

৭ । অনৌবা মঙাল অমগীদমক (ৱারীমচা) ১৯৯৮, সালাম শান্তিবালা

৮ । সনামানবীগী মীৎয়েং (ৱারীমচা) ১৯৯৮, ডাঃ কেঐচ শামুঙৌ

৯ । লৈহাউগী লৈনম (ৱারীমচা) ১৯৯৮, শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

১০ । লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস) ১৯৯৮, এন, মংলেম

১১ । খুঙ্গংগী ঈশৈ (শৈরেং) ১৯৯৯, লাইমুজম রামেশচন্দ্র

১২ । অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা (অহানবা শরূক) ১৯৯৯, অহোংশাংবম তেজমনি সিংহ

১৩ । নুপীদা রাজনীতিগী শক্তি হেনগৎহনবা ১৯৯৯, তোইজম বিহারী সিংহ

১৪ । থাজগী অমম্বা নাকল, ২০০০, সলাম তোম্বা